# কায়ন-ঈহৌ

ইজবী

থোইবী দেবী, বি-এ, বি-এড

ওজা তম্ফাম্মা গার্লস হাইয়ার সেকেণ্ডরী স্কুল

মমল—ৰুঃ ২·০০

অকোওবা—

**শ্রীআবীর সিংহ**

ইম্ফাল।

অহানবা থুৎবম ১৯৬২—কোপী ১০০০
অনিশুবা „ ১৯৬৮— „ ১০০০




ফংকম :—
ও, কে, ষ্টোর
পাওনা রোড, ইম্ফাল।

[illegible]— ডি মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ, ইম্ফাল

চান্নখোইরবা মরূপশঙ্গোই!

শ্রীযুক্ত ______________________ ______________________গী মফমদা।
কাক্কন ঈচহৌ কৌবা লাইরিকপু খুদোলপোৎ ওইনা পীজরি। ইতি—

পীজরিবা—

শ্রী Thoibi Devi

তাং { সাং Kriskampat

# কায়ন-ঈহৌ

## আয়থোং অদো

শুক্র-মন্নবা অহিংদা মৈরা ওান্না চগথক্তুনা লমদম কয়া চৎলুরে, ভোর্বানান শিৎনা থিরুরে—কদায়! মহাক্তি? অঙানবা অয়ুক-সুংথিন্দা অন্নাঙবা চীংজাও কারুরে, অশুকপা উমং চঙলুরে, অচৌবা তুরেল লাল্লুরে—কদায়! মহাক্কী মায়থোংদি! চীংজাও মানা লুমশিনবিখ্রে, তুরেলগী ঈরৈনা চেন্থবিখ্রে, ঈথক মান্না পুংবিখ্রে, ঐগী পামজরবা শকফমদো। মতম অমদা ওইরম্মী ঐগী মিংকী থমফম, ঐগী থম্মোয়গী তুংনফম—ঙসিদি কদায়দা লৈখ্রবগে মহাকতো? হুরানবনা হুথিবা পোত্তি মতম চঙনা থিরগা ফংলকপস্থ য়াই, তৌইঙম্বস্থুং ঐগী মাঙখিব্রা পোৎ'সিদি পুন্সি'সিমগী ফং-লরোই। জগৎকী জীব পূম্নমক অন্না-সুংঙাই য়াওনবা লাকপনি—ঐস্থ মথোয়শিংদুগী মরক্তা অমনি—ঙসি লাকপনি, হয়েং চৎথিগনি। নথোয় পূম্নমক্তি অয়োয়বা মতমগী সাক্ষী ওইদুনা লৈহৌরগনি; ঐদি লাইজ'থক্কী কোঙ্গোলনি—য়েংউ, কোঙ্গোল অসিনা ঙৈহাক্কী-দমক কারম্নগা, লাইজ ঈয়োম্নুংদা অমুক লুপখিব্রসে। লল অমতং লৈজরম্মী মদুস্থ পীজহোবা ঙমহোদে। ঈশ্বরগীদমক্তা অরান খুবমগীদমক্তা, নিঙশিঙনবগী পাঙ্গল লৈররোই হায়বগীদমক ঐনা মদুবু পীবা ঙমহোদে। থম্মোয়গী অন্নাবা ফোংদোকপগা শিন্নবা

য়াবা পোৎসু নত্তে—মহাক্তি ওয়বা য়াবা লনসু নত্তে—য়েম্থোকপা য়াবসু নত্তে—অয়াবা ওইরম্নবদি পীথোক্লমগদবনি। মতু লৈরম্মী—হৌজিক্তি লৈত্রে—কদায়দা চৎখ্রবগে, কনানা খঙবা ঙমগনি! থন্মোয়-পোন্দা য়োকচরম্বী চেক্লা অমবু—কয়া লুনা তৌরম্মী, কয়া সুংশিজরম্মী, সুংশিবা রাহৈ কয়া ঙাংজরম্মী, মহাক্লা ঐগী অথোইবা লল ওইরবী চেক্লানি, অদুবু খঙহোদনা নোংমদি উন-উনা মথোঙদা শিরিবা য়োৎহল্লীং থদৎলমদুনা, কদায়দা পাইখ্রবগে চেক্লাদো! মহাক্কীদমক্তা সংসার কোয়না থিরুরে—করিগুম্বা মফমদসু ফংখিদ্রে। য়েংউবা মাইকৈ খুদিংদা মহাক্কী অরাৎপদা মঙায়খ্রে! মহাকপু থিবদা ধর্ম্ম লাইরিক কয়া, দর্শন-বিজ্ঞান কয়া থিরুরে—কনাগুম্বা অমতনসু মহাক্কী লৈকম হায়বা ঙমখিদে। ঐনা মাবু কয়া সুংশিজখি, কয়া লুনা তৌজখি—হৌজিকসু সুংশিরি—ঐগী থরাইনা হকচাংদগী মপাল থোকখিদ্রিবা ফাওবসু সুংশিজখিগনি। মতম বুইনা ফোংদোক্কে নিঙলম্বা পুক্লিংগী রা ফোংদোকচবা ঙমহোদে। ঐনা মাবু লাইগী মচানি হায়না খনখি—ঐনা কোনবিরুরগা মঙোন্দা অরাবা ফংগদ্রা হায়বগী কিবনা—থরাই য়াওদ্রবা হকচাংদুবু পুক্লিং পেম্না কোলহোবসু ঙমহোদে, সুংশিবী'দুগী মেঙলবা মেরা থাগী থাবলগা মাম্নরবা মশাদু শোকহোবসু ঙমহোদে। হেক্ উবদা মহাক্কী মায়থোং অদো জগৎ অসিদা লৈবা মায়থোং মান্দে—নিঙঙমদবা মৈচাক—অরাবনা থম্না লৈরবা, মশাগী কান্নবতা থল্লবা, শেংদবনা থল্লবা, পাপ লৈরবা, অদুগুম্বা মফম অদুগী মায়থোং নত্তে—অতোপ্পা লম অমদগী, করিগুম্বা মাঙখ্রবা লল অমা থিল্লকপদা

লম্মাঙনরডুনা পাপ-তাপন থল্লবা সংসার অসিদা লাকপা মাল্লি। মরম অদুনা মহাকপু শোকপা ঙমখিদবনি—অদুবু পুক্লিংগী নিঙ-ঙমহোদবা অমদি লৈহৌরে, অদুক নুংশিজখ্রবা লল অদুবু থম্মোয় পেন্না নুংশিজহোৱা ঙমহোদে। ঐগী পুন্সিগী তুংনকম ওইরবা, পুন্সিগী পাক্লবা মরুভূমিগী ঈশিং ওইরবা, ঐগী থম্মোয়গী অতিয়াদা অমত্তা ওইনা ঙাঞ্জরম্বা থরাম্মিচাক, ঐগী অমতা ঙাইজরবা লল—হৌজিক্তি মফম কদায়দা চৎখ্রে ? কদায়দা চৎখ্রবগে ? করি ওইখ্রবগে ? মীওইবনা শিরগা করি ওই ? লৈপাক্লা ? মহাকী মায়থোং অদুগুম্বা জগৎ অসিদা থিদুনা ফংলোই। জগৎকী ফজবা হেঙ্গৎহন্নবগী মশক ওইরবা মায়থোং অদুবু লৈপাক ওইখিগদবা ? মরম অসিদগী ঐনা হায়জরি—জগৎ অসিদা অচুম্বা নিয়ম লৈতে, নিয়ম নাইনা চত্তে, অচুম্বা লম্বী লৈতে, অফ-ফত্তগী রাখল লৈতে, অশেঙবগী মগুণ খঙদে, দয়া-ময়া লৈতে, নুংশিবা লৈতে,—নুংশিহৈতবা, তমখিবা, মীগী অরাবদা নুংঙাইবা, মীগী নুংঙাইবদা রাবিবা অসি ঙাক্তা মঙাইরে।

মায়থোং অদু হেক নিঙশিঙলুবদা ঐগী থম্মোয়বু মহাক্লা খুডুম চনখি, লোনথোক্তবা মীগুম পুক্লিংগী রাখল ফোংদোকপা ঙমদে—মহাকী মায়থোংডু'বু করন্না থাসিগে! বিদ্যাপতিগী কবিতাগী মতৌগুম, নোনা হোরকপা নুংশি ঈথকুম, সমাধি ফংখ্রবা থবাইগী নিঙশিঙনবা মতৌগুম; চিক্লবা কুঞ্জদা নুমিদাংরাইগী লিরি হুম্বা নামিবগুম, অঙাং ওইবা মতমগী হৌখিবা নুংঙাইবগী নিঙশিঙলকপা মতৌগুম, পিক্লা নুরবী জাহ্নবীগী ঈয়াইদা পূর্ণিমাগী

অহিংদা মালঙ-ইহুন ফংবদা তনিক-তনিকপা মেরাগী থাবলগুম,—নিঙথিরবা মহাক্কী মায়থোংনি। প্রেমগী শক্তম ওইরবা, মাগী মায়থোং য়েংবদা অরা অনা কোক্লনিঙঙাই ওইরবা; অদুগুম্বা মায়থোং অদুনা মিকুপ খুদিংগী হায়রি--ঐদি জগৎ অসিবু মশক মুন্না খঙজদে—ঐদি জগৎ অসিগী নত্তে, ঐবু থোঙপাক্লা কাও-থোকপিগনু; অদুগা মাগী মিনোক্তা—থম্মোয় হুবা মিনোক্তো; পিক্লবা থম্মোয় অসি কাওবা মাগী মিনোক অদুনা প্রেমগী ঈথক হোইহল্লি। হে! ঈশ্বর? করিগীনোনে ইবুংঙো নঙনা ময়াম অসিবু শেম্বিরক্লিবা? মহয় য়ান্দ্রবা উপালগুম, মপূং ফাদ্রবা নিঙজবগুম. পেনবা নাইদ্রবা থৌরাংবগুম, মরু ফুক্লবা আশাগুম, মরা ফুকথ্রব সুংশিবগুম,—মাগী রাথল লাকপদা থম্মোয় অসি অরাবনা তনিকই। মাগী মায়থোংবু উরুবা অহানবা সুমিৎ অদুদদি থল্লম্মী জগৎ অসি ফজবনা থল্লবনি, য়েংউবা মাইকৈ খুদিংদা পুক্লিং হূনবগী মশক্লি, ইবিনবসু ৱাত্তে, য়েকপিনবসু ৱাত্তে, অদুবু মানা চৎথিবগা লোয়ননা ফজবা পুম্নমকসু পুখ্রে, ঐগী থম্মোয়সু য়াওখ্রে। ঐনা অমুক হায়জরি-শেম্বীরবদি করিগী অমুক থুগাইবিবগে? নঙগী অহে অশিং উৎননবগীদমক শাগৎপিবরা? লাইবক থিরবা ঐবু চাকহনবিগে হায়দুনা তৌবিবরা? সুমিৎ অদো—নাইতোম পাইবা চেক্লাগুম ইতোমদা ঙায়হৌবা, সুমিত্তো—করম্না নিঙশিঙসিগে! সুমিৎ অদো ঐগী পুন্সিগী বিজয়া দশমীনি! সুমিৎ অদু করম্না কাউসিগে, হে ঈশ্বর! ঐঙোন্দা অমুকতসু তাকপিরমদনা, হংবি-রমদনা, ঐগী ৱারবা মায়থোংবু হম্নমক্তা য়েংবিরমদনা ইবুংঙো

নঙনা নিঙবা মতুং ইন্না ঐগী লল অদুবু শেগায়দুনা পুবিথিব। নত্রা ? নঙনা তৌরিবদু ফরে - মদুগীদমক দোষ পীজদ্রে —নঙগী মতিক চাবা থবকস্তু মদুনি ! নঙনা অচৌবনি, ঐদি অপিকপনি, নঙদি শক্তি পূরনবী মপূনি. ঐদি পাঙ্গল শোনবনি ; মিৎনা উরিবা জগৎ অসি নঙগী ভাক্তনি, ঐগীদি কনাস্তু লৈজদে ; অদুবু ঐগী অমতা ঙায়জরবা পুন্সিগী লল অদু নঙনা হুবিথিবদি নঙগী নতিক নগুণ ভাকপরা ? চুম্মী, তোল্লবশিংবু অরাবা পীদ্রবদি করম্না চাউরকনি ? অশোনববু নৈবিদ্রবদি মাগী শক্তি করম্না থঙনগনি ? 'লায়র-চুদৎনবা, মাগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনাস্তু উজদ্রবা, খোঙ নাম ফাওবা লেপফম লৈজদ্রবা, মহাক্না মুংশিজবা পোৎশকস্ত লৈত্রবা, মহাকপু মুংশিবিবস্তু কনা য়াওদ্রবা, তুংগী পুন্সিস্তু অমম্বগী মশক ওইরবা হৌখিবা পুন্সিস্তু মৈগুম চাকখ্রবা, মহাক অদুবু ওৎপিদ্রবদি, নৈবিদ্রবদি করম্না চাউরকনি কনাগীদমক চাউগনি ? নোংশান্না বন্দা লৈবা শাবু ফাদুনা চায়—মহাকপু শাগী নিংথৌনি হায়। অদুগা নঙদি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী নিংথৌনি করিগী ঐখোয়বু চাক-হল্লোইদগে ! পিক্তগী পিক্লবা জীবশিং অদুবু "কনবিয়ু কনবিয়ু" হায়না লাউহনবা ঙমদ্রবদি নঙনা কনাগী নিংথৌ ওইগনি ? অশোনবশিংবু মখুয়াদা থম্বিবা হায়বসি নিংথৌগী ধর্ম্মনি ।

থম্মোয়মুংদা লোৎচদুনা থমজবা মায়থোংবু কনানা হুবিখ্রবগে, ঙসিদি পাক্লবা লঙ্কাঙগুম হাঙহোরে থম্মোয় অসে । সংসার অসিদা ঐগী থম্মোয়বু নোহোনা পীবা ঙম্বা কনা লৈরিবগে ? জগৎকী মপান-নাইদনা ফজবা পূম্নমক মিৎ অসিনা উরি - অঙাং

ওইরিবৈগী মুংশিরবা মরুপশিং, লেঙদনা লৈরি, শেক্লং খোয়না, নোক্লা নোক্লা চেন্থরি জাহ্নবীসু, নোংমদোন্দা থানা নোক্লি মনিঙ-তম্না, উচেক্লা খোংলি থাবলগী ইরাঙদা - অদুবু ঐদি য়াওবা ঙমদ্রে—ঐগী থম্মোয়দা বসন্তগী য়েম্নিঙ হুনখিদ্রে, কোকিল খোংখিদ্রে। য়েংউবা মাইকৈ খুদিংদা তত্তনা উরি অরাংপা অমা—পুক্লিংগী ঙাক্লৌ লৈখিদ্রে, ফজবদা শুমহৎপা য়াওদ্রে, মনমদা পুক্লিং হূদ্রে, ঈশৈদা শুমহৎপা ঙমদ্রে, জগৎ অসিদা অঙকপা লৈত্রে, মীওইবগী মায়থোংদা শেম্বিবা মপুগী ভাব উদ্রে; করিনো ঐগী থম্মোয়সুংদা রাৎলিবসিবো।

মায়থোংদো কয়াদা নৌখ্রবা, থোৎখ্রবা, শেংশ্রবা, মুংশিবগী শক্তম ওইখ্রবা মায়থোংনো—অদুগুম্বা মায়থোংদো নোংমদি ঐনা উজরম্মী—ঙসিদি নোংদম্বা মাগী নোংদম্না অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। মাগী মায়থোংনা চৎখিবগা লোয়ননা পুন্নমকসু লোইখ্রে—কনানা হূবিখ্রবগে ঐনা লুনা থমজবা মায়থোং অদুবু?

হে ঈশ্বর! অসুম্না তৌবা অসিনা নঙগী নিয়ম ওইরবদি! করিগী মীওইবদা খঙনবগী পাঙ্গল পীবিরম্লিবনো? কনানো খঙনিঙলুরিবা? অদুগা করিগীনো খঙহনবিরিবসিসু? ঐনা খঙজদবা পোৎ অদুবু খঙহনবিরিবসিবু করিগীনো? খঙহনবিরবদি লৌবিখ্রিবা করিগীনো? নঙনসু পীবিরগা অদুগা অমুকসু শেগায়-ডুনা লৌবিখ্রিবনা করিগনো? লৌবিখ্রবদি কাউহনবিদ্রিবা করিগীনো? ফংলরোইদবা অদুগীদমক্তা পুন্সিচুপ্পা কপ্পুনতা মিৎ ভাঙহল্লগে নিঙবনা নঙগী থৌরাংসা? মুংশিজবা পোৎ অদুনা

চংশ্খ্রবদি মুংশিবস্থ য়াওখ্রবনি অদুবু ঐগী মুংশিবদি ময়েং তাদ্রিবসিবু করিগীনো ? পূন্সিসিমগীদমক ঐগী মিৎয়েংগী ৱাংমদা লৈখ্রবা মহাক্না করিগীনো থস্মোয়'মুংদগী মপাল থোক্লিবসিবু ? মসিবু সংসারগী নিয়মলা নত্রগা নঙগী ননিঙলা ? নঙনবু নিঙলবদা তৌবা ঙমদবা করি লৈরি ; জগৎ সংসার অসিদা ৱারিবসিবু ঐদরনে—করিগীনো, ফুগায়না শাংলবী লৈরাংদা তীল চঙলিবা—থাজগী ঙৌরবা মায়থোংদা মাইহিং কারিবা—পুন্নদা তমথিবগী মূর্ত্তি য়াওরিবা—নরকী লম্বীদা শুমহৎপা য়াওরিবা—ফজবদা অথীবা লৈরিবা—মীওইবগী থস্মোয়বু তয়াংহল্লিবা মী-ওইবগী লাইবক্তা অৱা মুংঙাই তল্লিবা—মুংশিবদা পেন্দবা লৈরিবা—আশাদা থাজদবা পোক্লিবা—মীওইবনা মশাগী ওইজবা থিরিবা অমগী অৱাববু অমনা খঙবিদ্রিবা—অৱাবা ফোংদোক্লবা ৱাহৈ লেত্রিবা-থস্মোয়দা চাক্লিবা মৈচাকপু চিনবানথোঙদা ফোংদোকপা ঙমদ্রিবা—চিংনবনা খুতুম চলহল্লিবা—মানা মুংশি-জরিবা অদুবু মাঙহনবিরিবসিবু করিগীনো ? ফরে, অদুদি মাঙ-থিবা মুমিৎ অদুদা মহাকস্থ শিহৌদ্রিবনা করিগীনো ? লৈপাক্কী ওইরবা হকচাংসিদা মুংঙাইবা—অৱাবা—শুমহৎপা—মুংশিবা—তমথিবা, পূন্নমক য়াওরিবসিবু করিগীনো ? মরম অসিদগী ঐনা হায়জরি, বিধাতা হায়বদু করিগুম্বা লৈরম্লবদি মহাক অদো য়াম্না মুংশি-হৈতবনি। মহাক্না জীবগী ফননবা করি'মতা তৌবিদে, জীবগী মুংঙাইবা য়েংবা ঙমদে ; অতোপ্পগী অৱাবা খঙবিদে, মহাক্না কনাগুম্বা অমত্তগী মমায় য়েংবিদে; মখোঙ

পায়দুনা কপচরবস্থ তাবিদে—মহাক্তি থম্মোয় য়াওদ্রবনি। ঐবু মহাক্না মাগী লীলাগী শরুক লৌহনবিরে - মুংঙাইবস্থ য়াওহনবিরে —ঐনা পামজদে হায়রবস্থ ইখুৎ পায়দুনা ঐবু নমদুনা চিংশিনবিরে। মুংঙাইবা রাখন্তনা লীলা অসি য়াওবা য়াদে হৌখিবা মুংঙাইবগী নিঙশিংবতনা সংসারগী লীলা অসি শান্নবা য়াদে। রারবা মতমদা, মুংঙাইবা পূন্নমক লোইখ্রবদা, মুংঙাইবশিং অদু নিঙশিঙলকপনা থম্মোয়গী অরাবত্তা হেনগৎহনবনি। মরম অসিদগী ঐনা অমুকস্থ হন্না হায়জনিঙই জগৎপু শেমলকইবা মপৃ মহাক অদু থম্মোয় য়াওদ্রবনি। মহাক্নবু তোগে নিঙলবদা ঙমদবা করি নৈগদগে? মহাক্না নিঙলবদি করিগী মুংঙাইবা জগৎপুদি শাগৎপিদ্রি? জগৎ অসিনা অগম্বগী মশক ওইরবা অরাবা ঙাক্তা ঙায়রন্নবদি কনা-না অমুক রারোরুখিগদগে? মতুদি নত্তনা মহাক্না সংসার অসি অরা-মুংঙাই, কপ্পা-নোকপা অনিগী ওইনা শেম্বিরে।

মুমিৎচুপ্পা চাক্তাজরুবা উচেক্না মুমিদাংরাইগী মতমদা মহুমদা হঞ্জিল্লকপগুম, ঐগী রাখলনা লমদম কয়া তাম্না কোয়রুরবস্থ অরোয়বদা মাগী মায়থোংদা তারক্লি। মাগী মায়থোং অদুবু করম্না হায়সিংগে—হায়গে হায়গেদি—মখল্লি, হায়বদি মঙমদে, নৈবোইস্থ মনিঙই ইনাক্তদি উদে, মিকুপ খুদিংগী নিঙশিঙই, মিকুপ খুদিংগী মাঙখি, ফাগে ফাগেদি মহোৎনৈ, ফাবদি ঙমহৌদে। হে ঈশ্বর! পুন্সিচুপ্পা মুংঙাইবগী মশক্তা ওইরবা শকফম অদুবু করম্না বিধাতানা শাবিরকপনো? করিনা শারকপনো? করম্না

শারকপনো ? কৰিগীনো পুক্লিংগী রাহৈ ফোংদোকপা ওমদ্রিব সিংবা ? কৰিগীনো পুক্লিংদা ওমচাক্লরিবসিংবা ? পুক্লিংগী পাং তাবিনবা থরায়না তাজবা মী ফংদ্রিবসিনা কৰিগীনো ? কনাদ হায়রুসিগে ? কনা নৈরিবগে ঐগী অরাবা রারী অসিবু মিকুপ অনিদং থরাই য়াওনা তাবিগদবা ? মীওইবনা ঐগী অরাবা অসিবু গওবিগদ্র ? অদুনা ঐনা হান্না হায়জখ্রবা অদুনি, অরা পোংলুন্না কোকথোং ফাহোরে ঐহাক্তি ।



# তোর্বান্দা

নূং'লক্তা খেক্লা খোয়না চেল্লিবী, নঙগী- ত্রোং ত্রোং লাউবা খোঞ্জেন্না করি পাউবু চেল্লি? নঙগী ত্রোং লাউবা ঈখোম্না ঐগী থম্মোয়বু য়াকায়রি, করি পাউনোনে মতুং? অর্থ য়াওদ্রবা খোঞ্জেল্লা? অদুবু নঙগী ঈরাওখোল তারগা করিগীনো ঐগী থম্মোয়না তনিক্লিব'সিবো? নঙগী খোঞ্জেল তারগা করিগীনো ঐগী থম্মোয়না ঈর'ঙ হৌরিব'সিবো, করিগীনো মতম কইনা তৎখ্রবা থম্মোয় বান' মরীদ' অমুক হন্না স্বাগী খোন্থাঙ য়ৈরক্লি-বসিবো? মতম কুইনা কাউখ্রবা নুংঙাইবগী মঙ অদুবু অমুক হন্না মঙহল্লক্লিব'সিবু করিগীনো? পোন্দা থম্বা চেক্লাগুম হবচাংগী মন্নুংদা লৈরিবা পরাই অসিনা নঙগী খোঞ্জেল তাবদা ওন্ন-থোইনা খাঙলিবসিনা করিগীনো।

ঐগী য়াহংগী পাউগুমদি পীবিরক্কে অদুবু নঙগী ত্রোং লাউবা খোঞ্জেন্না ঐবু শুমহৎপদি তোক্ত্রি। নঙগী ত্রোং লাউবা মখোম্না থম্মোয় কায়ন-খোঞ্জেল ওইবনা নাকো'না তাবা ফংলি। অহিং-সুংথিল অনিদা নিঙথা কায়বতনা মাগী মশরুক ওইজরবী অরাবা খোঞ্জেলতবু মাগী ওইয়ু তন্নক্রবী থম্মোয়না, নুমিদাংরাইগী লিরিহুম্বা নামিবগুম নঙগী তোর্বান্দা ঙৈহাক্তং কোয়জরি। অদুবু নঙগী ত্রোং লাউবগী খোঞ্জেলগী অর্থ, নঙগী মতিক মগুণদি কনা-না খঙগ'ন? তৌইগুম্বসুং অখঙবা মহাক্তনা নঙগী খোঞ্জেন্দা লুপচবান।

করি রাগিণীনোনে ইমা ? নঙদি ইচম চম্বা সুরদা শক্লিনে, অরাবা লৈত্তে, পোৎথাবা নাইদে, মুমিৎ চুপ্পা শক্লি, তাবিনবা লৈত্রবসু নথস্তা শকচরি কদি রাগিণীনোনে ইমা ? মতুবু উদবা "মাগী" ইশৈরা ? স্বর্গগী শৈহেক হায়বদুবু অদুম তৌবরা ? অসুম্না অমৃতগী ঈচেলগুম নাকোং থলহনবরা, থম্মোয় ঈংহনবরা ? অদু ওইরবদি ইমা, স্বর্গ হায়বদু অমুক্তা য়েংজগে। য়েংহনবিগদ্রা ? নঙদি পৌজ্জাল হৈবীনি -তোল্লবা নচাবু পুতুনা চংশিগদ্রা মফমদুদা ?

অমুকসু হন্না তারি—নঙগী ত্রোং-ত্রেং লাউবা খোঞ্জেল। মসিদগী হেনবা করম্বা স্বর্গ অমা অমুক লৈরমথিগদগে ? থাজনা অতিয়াদা ঙাল্লি, নঙনা মাঙদা চেল্লি, ফজরবী অহিংগী হরাও-মিনোক্লা থল্লবা মায়থোং নঙগী লূরবা ঈরোলমুংদা থরাম্মিচাক-শিংগী নিক্লা শারিবা জগোই নঙগী তোর্বান্দা হৌরিবা উম্নানা হাইনা-লুম্না শাম্নরিবা, অদুগা উনাশিংগী চঙলকপা মালঙবনা মনিঙতম্না শাম্নরিবা ; মালঙ-ঈহুল ফংবদা নঙগী তোর্বান্দা হৌবা হম্বুরৈনা থেক্লা নোক্লিবা, লৈরাং'লক্তা মালঙ মানা চঙলকপদা তথক-তথক য়েংজরিবী লৈরাংশিং, অসিদগী হেনবা করম্বা স্বর্গ অমা অমুক লৈরমথিগদগে ?

ইমা! থেঙলবা অহিংদা ঐনা নঙগী তোর্বান্দা করিগী-দগক কপ্পা লাক্লিবনো ? নহাক্তি খঙলম্মোই—অরাবগী রারীবু তাবদা হৈনবা কনা য়াওবগে ? মীওইবনা মশা মশাগী অরাবা ফাওবা পুজবদা রানা থোক্লবনি; অদুনা অতোপ্পগী অরাবা পাউবু কনানা তাবিনিঙগনি ? মীওইবগী মফমদা পুক্লিংগী

অৱাব' ফোংদোকপদি মাগী খপে.নবা উৎপতনি, মীগী করেম্নফম ওইবতনি; অদুনা ইগা! নঙগী তোর্বান্দা ফমজদুনা ঐগী ৱারবা মুংশা স্বর মপী অসি অমুক্তা হোন্দোকচগে লাকচবনি। অ:তাম্নগী থ:মায়গী লায়্নাদি অমনা খঙ্বিদে:দো; অদুনা ইমা নঙগী লূরবা ঈ:চদা ঐগী ঈ:চনমু য়াওহন্:গে লাকচরিবনি।

অদুগা ইমা, মফম অসিদা ঐগী অ:শোয়্নবা পোৎ অমা মাঙংখ্রেনে। য়েংউনে! ঙৌরবা খাবলনা শেম্লিবা শয্যা অসে, মসিদনিনে ঐগী অমতা ঙায়জরবা রত্ন অদুনা তাখিবদো। থমোয়'মুংদা থমোয়্না কুপ্পুনা থমজবা লম্নি, অদুবু নোংমদি খঙহোদনা কদায়্না তাখ্রবা:না খঙখিদ্রে। মহাকপু থিবা লাকপনি. ফংদি ফংলরোই অদুবু নিঙঙমদবনা লাকচরিবনি -ঐগী পঙলবা থ:মায়্না, ঙাওবা খরাইনা য়াদ্রি। খঙনবা হায়দুনা কয়া য়াম্না হোৎনরে, পঙলবা থম্মোয় অসিনা খঙহু হায়বা য়াবিদ্রে। খঙলবনমু খঙহু হায়বা য়াদ্রে, মহাকপু করম্না খঙহনসিগে? দর্শন-বিজ্ঞান কয়া ফাক্তোকুনা, কাব্য অলঙ্কার কয়া পুখোক-তুনা. পুক্নিং মাবু থেমজিন্নবা হোংনৈ —লমংহল্লবা পুক্নিংনা হন্নমক্তবু য়েংনিঙদে। মতম অদুগী মুংশি শৈরেংশিং অদু অমুক ফাক্তোকই পিনা কুপথিবনা মখেক উবা ফংদে। পি অমুক তৈথোক্লগা পাপে হোংনৈ অমুকমু থনকংলকই —পাবনা মুংঙাইবা পীদ্রে। মহাক্না ইরম্লিবা শৈরেং অদুদি কবিগী অলঙ্কার য়াওবা নত্তে, ভ:বনা থল্লবা শৈরেং নত্তে, ৱাহৈগী শোনম য়াওবা নত্তে —তৌইগুমমুং মাগী শৈরেং অসিদদি মীবু ৱাহনবা নত্তনা

শুন্ধাৎপগী মচাক য়াওব্রে—অদুবু সংস্কৃত সাহিত্যগী কবিতাদা মাগী শৈরেং অসিগা মান্নবা মতেক অমা ফাওবা য়াওদে। মহাক্কী শৈরেংগী পরেং খুদিংদা, রাহৈ খুদিংদা, ছন্দ খুদিংদা ময়েক খুদিংদা অকাউবা, অশোয়বা খুদিংদা য়াওরিবা কবিত্ব অদুদি বীরাঙ্গনাদসু য়াওদে পালাশীগী লান্দসু য়াওদে, মেঘনাথ তুবা কাব্যদসু য়াওদে, উত্তর-রামচরিতদসু য়াওদে, হ্যামলেটতা য়াওদে;—ওথেলোদা য়াওদে, —ইলিয়াদতা য়াওদে, কুমার সম্ভবতা য়াওদে;—তানসেনগী ঈশৈদা য়াওদে, ভৈরবী রাগিণীদা য়াওদে, বসন্তগী নামিবদসু য়াওদে;—মসিগা চাংদম্নবা য়াবা করিগুম্বা অমতা লৈত্রে। পার-পারগা কংলবা থম্মোয় অসি য়েম্নিং হুল্লি পুক্লিং অসি লাঙতক্লহল্লি। বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিংনা য়ুমদা লৈবা ঙমজদবগুম্না মফম অসিদা চেল্লক্লিবা অসিনি। লাক্লগা ঈরোল'নুংদা থিজরে, কংফালসু য়েংজরে—তৌইগুম্বসুং থিজবদা মঙাইজরে—হৌজিক্তি চুবা মোন-থাংনদুনা অমুক কপচরিবা অসিনি।

কপ্পা হায়বসিবু পাঙ্গল শোনবগী খুদমলনে? অদু ওইরবদি ইমা, নঙনা ত্রোং-ত্রোং হায়দুনা কপ্লিবসিদি করিগীনো? নঙদি লাইরেম্বীনি—নঙগীসু অরা নুংঙাই লৈত্রা? অদুদি, নঙসু মী-ওইবগী লোইব-থম্বা লৈত্রবা অরাবদা রাবিদুনা কপ্লিবরা? অতোপ্পগীদমক্তা কপ্লিরিবা, অতোপ্পগী অরাবদা রাবিবা ঙম্বা, অতোপ্পগী খুদোংথিবদা মহাক মশামক্কীনি হায়না থনবা ঙম্নবা মখোয়শিং অদু লাইনি হায়বদা করিসু লাম্নিংঙাই লৈত্রে।

মীওইবনা মশাগীদমক কপচৈ—লাইশিংনা অতোপ্পগীদমক কপ্নি; মীওইবনা অতোপ্পগীদমক কপ্না তম্বা নুমিৎ অতুদগী হৌনা লাইগা মগুণ চেল্লবনি। অদুগা ইমা, মশাগী থাদোকপা তম্বিবা মী অদু লাই ওইরবনি, মীগী কান্ননবা পাউতাক পীরিবা মী অদু লাই ওইরবনি। ঈশানা হায়রম্মী, "নঙোন্দা তৌহন্নিঙলিবা ব্যবহার অদু নঙনা অতোপ্পদা তৌ"—মতম অদুদা ঈশাবু জ্ঞানগী ভুংনফম ওইরবনি হায়না খঙনরম্মী। ঈশা অদুমক্তা অমুক "নঙগী য়েক্লববু নুংশিয়ু"—হায়রকপা মতমদা মহাকপু লাইনি হায়না লৌনখি। খৃস্টগী চহি চা কয়াগী মমাঙদা শাক্যসিংহনা রাকম অসি হায়রম্মী—মদুদা মহাকপু বুদ্ধদেব কৌখি। ইমা, নঙস্তু অহিংসা নুংথিল অনিদা মীগীদমক্তা কপ্লিদুনা অস্তুম ওইরবা সনাতন ধর্ম্মগী পাউতাক অসি পীবিরবনি; অদুনদি ইমা, নঙস্তু মীবু লানবী হৈবী, অধর্ম্মবু মাঙহনবা ঙম্মীনি। লমলানবগী-দমক্তা কপ্নিবা ঙম্মীনি হায়দুনা নঙগী ঈশিংবু শোক্লগা পাপ কোক্লরি; নঙগী ঈশিংদা লুপচরগা স্বর্গ ফংনব্রি; নঙগী তোর্বান্দা লাঞ্জরগা মুক্তি ফংনব্রি। নঙগী তোর্বান্দা শিজরগা মুক্তি ফংই হায়বসিদা চিংনরিবা মহাক অদুদি নঙগী অশেংববু মশক খঙদ্রবনি; মহাক অদু অপঙবা নত্তনা করি অমুক ওইগনি? মহাক্কী বুদ্ধি লৈত্রবনি; জ্ঞান য়াওদ্রবনি; তৌবিমল খঙদ্রবনি; শেংদ্রবনি; ধর্ম্ম মশক খঙদ্রবনি। থায়না মমাঙৈঙগী আর্য্য-ঋষিশিংদি তত্ত্ব পূন্নমক থিননবগী পাঙ্গল লৈরম্মী; তত্ত্ব পূন্নমক খঙনবগী মঙাল লৈরম্মী; মখোয়শিং অদুদি নঙগী ত্রোং লাউবা

খোঙ্গেলগী অর্থ মুন্না খঙলম্মী। মরম অদুদগী শেংলবা হিন্দু শাস্ত্রদা নঙগী নতিক নগুণ অস্তুক চাউনা শক্লম্লিবনি। ঐখোয়দি লৌশিংস্থু লৈজদে, নঙগী নতিক নগুণবু খঙননবগী পাঙ্গলস্থু লৈজদে, জগৎ-সংসায় অসিদা তৌবিমল উংপস্থু ঙমজদে, শক্তি পূর্ণমক অসি য়াংপদগী—নঙগী মক্তুবা থম্মোয়গী গুণ, নঙগী তৌবা ঙম্বগী শক্তি অমস্থুং নগুণবু শকচবা ঙমজদে। নঙবু উজবদা স্বর্গ শুংনা ফংজবগুম নিঙই; নঙগী তোর্ব্বান্দা লাঞ্জবনা করিগী স্বর্গ ফংলোই ?

স্বর্গ অদু অমুক্তদি য়েংজগে ইমা! স্বর্গগী মুংঙাইবগীদমক নত্তে, মরমদি নরক্কী মৈনা চাক্লবা থম্মোয়না স্বর্গদস্থ মুংঙাইবা ফংলরোই—ঐনা স্বর্গদা চংনিঙবদি স্বর্গগী মুংঙাইবগীদমক নত্তে, মাঙথিবা ইরল অদুতবু থিজবা চংনিঙবনি। সংসার অসিদদি মাবু থিবা ফংদ্রে—অদুনা স্বর্গদা অমুক্তং থিজনিঙই—নন্দন কানন্দা অদুগুম্বা লৈরাং অদু শাৎলিব্রা অমুক্তং য়েংজনিঙই। নঙগী গর্ভদা থাজগী মঙাম্না জগোই শাবগুম নিঙথিজরবা, তারমদাই মুমিংকী মশেক্কুম থোৎলবা, অতোপ্পগীদমক য়াবিরিবা শেংলবা থম্মোয়গুম্লবা, অহানবা মুংশি শৈহোৌরকপদা মুংঙাইরকপা পুক্লিংগী মওংগুম্লবা—অদুগুম্বী লৈরাং অদু নোংমদি ঐগী ইরান-য়াইদা শাৎচরম্মী, ঙসিদি লৈখোক লোয়দনা কেনথ্রে, য়েংজরুগে—লাইগী লৈকোন্দা অমুক্তং শাৎলিব্রা হায়না। সংক্রদগী ফংজরকপা মপাল নাইদ্রবা রত্ন অদু লায়ররবা থাংপোক অসিদা লৈরম্বনি য়েংজরুগে—অদুগুম্বা রত্ন অদু দেবরাজগী কোমুংদা

লৈত্রা হায়না। মাগী ঈশৈ অদু পেনবা নাইদ্রবা পূক্লিংনা অহিং নুংথিল অনিদা তাজরম্মী—ঈশৈ অদো, হৌজিক্তি য়াতা-রুবা থাবলনা মুৎলি-মুৎলি ঙানবগুম তৌরে—ঈশৈ অদো, হৌজিক্তি মঙদা হুম্লকপা মলয়াগুম ওইরে, তারুখিনি—অদুগুম্বা ঈশৈ'দু অমরাবতীদা শকপরা হায়বদু। মুমিং অদো! কদায়দা চৎখ্রবগে? মুমিৎ অদুবু! নোংমদি মহাক্কী মায়থোং হেক উবদা ঈশৈ অদু তাজরম্মী। হৌজিক্তি মুমিং অদু অমুক হন্না লাক্লরোই; মতম কুইনগীদমক বীণা অদু লেপখ্রবনি খোঙ্গেস অদু মতম কুইনগীদমক লেপখ্রবনি—মাগী শৈহেক অদুদি ঙসি ফাওবা ঐগী নাকোংনা তারি—ঙসি ফাওবা থম্মোয়দা লৈহৌরে। ঈশৈ হায়বা অসিবু মতৌ করম তৌবগে? মীওইবগী ফজব-দস্থ ঈশৈ লৈত্রা? ফজবগী ঈশৈতবু তাবিনিঙবরা? অন্নাবগী ঈশৈদি তাবিনবা লৈত্রবরা? থম্মোয় কায়রবা মহাক অদুনস্থ ঐগী ঈশৈ অসি তাবিরম্লোইদ্রা? হৌখিবা নুংশিববু নিঙশিঙ-দুনা পুন্সি লেপ্লিবা মহাক অদুনস্থ ঐগী অন্নাবা অসি খঙ-বিরম্লোইদ্রা? মচাবু লৈত্রা হায়দুনা মোংফমদা কোয়না পাইরিবী মচা কায়নরবী উচেক অমোম্না ঐগী অন্নাবা অসিবু খঙবিরম্লোইদ্রা? মরা ফুমখ্রবা নুংশি রাখন্না চাকহৌরবা মহাক অদুনস্থ ঐগী মৈচাক অসি খঙবিরম্লোইদ্রা? কবি নত্রবস্থ সংসারগী অন্না-অনানা, নুংশিবগী চৈনাখোম্না, নিঙবা কায়বগী মহয়না হৌখিবা থোদোক্কী নিঙশিঙবগী হূনা মৈরি ওইনা চাক্লবা মহাক অদুনা ঐগী তেংথারোল অসিবু খঙবিরম্লোইদ্রা?

য়েংউনে ইমা, কয়াদা ফজ্জখ্রবনো! পিকখ্রবা তীল অমনা ওইনদুনা চংখ্রি, অদুগা পিকপ্রবা তীল অমনা মাবু ফাদুনা পুরক্কদবগী মাও থানা-থানা চেল্লিবসে—মমাঙদনা অপিকপা তীল মপৈনা পবক ফংদ্রবা মীগী মতোগুম পুল্লপ—পুল্লপ পৈদুনা ওইনবগী কুম্মৈ অসি য়েংগদবগী লৈরিবসে—মখোয় খুদিংগী কোকথক্তা মণি অমমম ঙাল্লি। নোৌরবী থাজনা নারসিসকী মতোগুম মশাগী নিংথিজবদা মথোয় কারদুনা, নংগী লূরবা লাইজদা চাম্নরক হম্না য়েংদুনা খেক্লা-লাউনা নোকচরি—হন্নাউ-মথোয় কাজরি। মসিনিনে ঐগী থম্মোয় কায়হল্লিবসে। মসিনিনে ঐবু কপহল্লিবসে! অসিগুম্বা মহাকী হন্নাউ মিনোক অমদি হন্নাউ মায়থোং উবদা সংসার রাংমা লান্নিঙই; মাবু কোয়থি থিনিঙই। মাবু উরগা পুক্নিং অসি ৌঁহাক্তবু পোত্থাফম খঙদে। হে ঈংলবা থাবল! নঙগী মঙাল ফংবদা চাক্লবা মীওইবা কয়াগী থম্মোয় ঈংনরিবনি, - ঐঙোন্দদি নঙগী ঈংলবা মঙান্না হূগী তেন ওইররে, মৈচাক হাপ্পরে। মতম কুইনা মুংখ্রবা মৈ অদু অমুকহন্না মৈখু কারক্লে। অদুবু চাক্লবা থম্মোয় অসিনা মফম অসিদা কনানস্থ উবিদনা, কনানস্থ তাবিদনা—চিক্লা, অকিবা লৈতনা ইতোমদা থন্নাই পেম্না কপচবা ঙম্নবদি ৌঁহাক্তংদা ওইরবস্থ ন্নুংঙাইজবা ফংই। অন্না-ইপাক ইয়ায়দা ন্নুংঙাইবা ঈন্নিক অমতং ফংজবদি —মোংফমদা লৈ পরেং উবগুম্বনি, মতম কুইনা তাখিদ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী—ঈশৈগুম্বনি, ন্নুংঙাইবনা হোখ্রবদা নিঙশিঙবগী ন্নুংঙাইজবগুম্বনি, খোৌরাংনা ঙাইজরবা ন্নুংশিবা মাগী মপাউ তাবগুম্বনি।

অদুননিনে, হে থাবল! নহাকপু ঐনা অসুক্কী মতিক সুংশি-রিবসে। নঙনা কয়া ওক্তুনসু, কয়া কপহন্দুনসু নঙগী মঙাল মরিক খজিক্তুং অসিবুদি ঐনা সুংশিদবা ঙমদে। নঙগী নমায়দা কারিবা মায়হিং অসিতগা মুথৎপা ঙম্লবদি অমুক্কা হেন্না সুংশিগনি। অদু ওইরবদি মুমিৎ খুদিংগী চিক্লবা মফম অসিদা নঙবু মতম পূম্নমক্তা য়েংজরগা—অমুক হন্না উবা ফংহনরোইদবা মহাকপু উজবা ফংগনি, মহাকপু থম্মোয়সুংদা উঙনংগী মক মতম লৈবখিবিক্তা নঙোন্দা য়েংজগে।

করিগীনো ঐনা অসুক য়াম্না কপ্লিবসিবো ইমা? করম্বা চাউরবা পাপ অমা তৌররবগে? করম্বা অরম্বা মরাল অমা লঙভক্রবগে? করম্বা পোমশাৎনবী লৈরংবু মপুং ফাদনা হেক্তোকলুরবগে? কনাগী মাঙননবা তৌরদুনা ঐনা পুন্সি চুপ্পা কপ্পুনতা লেনবা তারিবনো? বিধাতাগী খুৎশেমদা মী অমবুনা ফজনা শাহিরে, অদুগা ঐবুনা ফজবগী ভিক্ষারী ওইহনবিরে, অদুনরা ইমা, ঐনা অহিং-মুংহিল অনিদা কপ্পতনা ইথোদাং ওইরিবশিবু? ঐগী পুক্নিং ময়োল চোংফম ওইজবা, মিৎকী থমজফম ওইজবা, ঐনা সুংশিজবা অদুগুম্বা পূম্নমক অদুদি বিধাতানা হুদুনা পুথোকপিখ্রে, অদুগা ঐবুনা মিৎ তাঙহনবিদ্রে; অদুনদি ইঙেন থাগী নোংলিগুম অতৎপা লৈহল্লরোই হায়রবরা ঐগী পি অসিবু? অসুম্না ফজববু পামজব অশেংববু সুংশিজবা মখোয়শিং অদুবু কপহন্দুনতা মপুন্সি লোয়হনখিবা হায়বসি বিধাতাগী থৌশিল্লা? অফবা মহাক অদুবু সুংশিজরুই হায়দুনা—

ঐবু পৃথিবী অসিদা স্বর্গগী মুংঙাইবা খঙহল্লম্মী হায়দুনা মহাকপু মুংশিজরুবনা কম্লনা লোইবা তারবরা পুন্সি'সিবু? করিগীনো ইমা? ঐগী ইরাল করি লৈবগে? পুণিমাগী থাজ মাল্লবী মায়থোং অদুবু শেম্নকইবা মহাক্কী মরাল্লা নত্রগা ঐগীরা? থম্মোয় পীরক্লিবা মহাক্কী মরাল্লা, ঐগীরা? মুংশিবা হায়বা অসিবু পাপলা? মদুদি নত্তে। হে বিধাতা! নঙবু জীবগী ফননবতা থল্লি হায়রিব অসিবু করম্বা অপঙবনো? অমুবা লিনবু অস্থক্কী মাতিক ফজহল্লিবা করিগীনো? মাঙন-তাক্লবগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা পোৎ অসিনা অসিয়ৌনা মধুর চেল্লিবসি করিগীনো?

করিগীনো, ইমা? পঙলবা নচাদা অমুক্তদি তাকপিয়ু সংসার অসিনা অস্থক্কী মতিক রাখল য়াওদ্রিবা, অস্থক্কী মতিক মুংশি-হৈত্রিবসিবু। মসিগী অমতা ঙায়বা পাউথুমদি—তাইবং শেম্বা মপু মাগী খু'জল্লি। মহাকপু মুংশি হৈতবনি হায়নিংদ্রবস্থু তোকপীয়ু; তোইগুম্বম্নুং অসিমদি শোয়দনা য়াকম থোকই, মহাক্না তৌনিঙলবা থবক্তা তৌদনা তোকপদি লৈত্রে। মহাক্না শক্তি পায়বা মপূনি হায়বদা করিস্থু চিংনফম লৈতে।

ওইনিংবস্থু ওইরসনু, সংসার অসি অরাবগী মশক্তি হায়বা অসিমদি ঐনা তশেংনা খঙজরে! ম'সিমম্নু খঙজরে, সংসারগা মরী লৈনরুবগী ফলদি অরাবনি। জগৎ অসিগবু তিম্নরুরবা মী অদুনা রাদনা তোকপা কনা য়াওবগে? ভুমিৎনা হেক থোরকপদা পৃথিবী অপুম্বা মঙাল য়েল্লি। অহিং কৌবী লাই-রেম্বীগী লৈত্তেং ওইরবা থরাম্মিচাকশিং অসিনা অতিয়াগী মকোয়দা

তগুপ তরেংনা কয়াদা নিংথিজনা ওাম্লি ! তৌইগুম্বস্নুং থরান-মিচাকশিং অসিগী মরক্তগী অমতংনা পৃথিবী অসিদা তারক্লবদি মীওইবগী অমঙ্গল থোক্লনবগী খুদম ওইনরি। জগৎ অসিগা মরী লৈনরুবদগী ঐনা হিক্লা হিক্লা কপ্পা তারিবনি। সংসারগা মরী লৈনৈ হায়দুনা ঐথোয়না কপ্লিবনি। কপ্পনা সংসারগী নিয়ম্নি. নোকপনা সংসারগী ওম্ন-কৈতনবা নিয়ম্নি। সংসারগী মূর্ত্তিবু থম্মোয়দা মমি তাদ্রিবা মহাক্তনা নোকপনি করিস্নু খঙদবা মহাক্তনা নোকপনি—করিনা হায়রবু খঙদবা হায়বসিদি শান্তি পীবনি। অদুগা রাখল খল্লবা মহাক অদুদি অরাবদগী নাম্থোকপা ঙম্লোই, সংসারবু মশক খঙলবা মী অদুদি কপ্পুনা তোকলোই। মালেম লৈমগা শক-খঙনবা মুমিত্তুগী কপ্পা হেংখিবনি —মুমিৎ অদুদা তাখিবা পিগী ঈচেল মপোকসিমগী কংলরোই-দবনি। নিঙঙমদবা রাখন্না তত্তনা খল্লকই, মীওইবগী মপোক অসিবু করিগীনো ? কনাস্নু পাউথুম পীবা ঙমদে। ঐনা খঙজবদি কপ্পনবগীদমক, মীওইবগী মপোক্লি !

অদু ওইরবদি ইমা, কপ্পা হায়বসিবু পাঙ্গল শোনবনি হায়সিরা ? ঐনা অস্নুক য়াম্না কপ্লিবা অসিবু-ঐবু পাঙ্গল শোল্লবরা ? কপ্পা হায়বসিদি পাঙ্গল শোনবা নত্তে. তৌইগুম্বস্নুং ঐগীদমক্তদি পাঙ্গল শোনবনি। দুর্য্যোধন পাণ্ডবকী য়েক্লবনি ; অদুবু ভীষ্মা মকোক্তা খোঙপাক্লা কাওরবদা যুধিষ্ঠির কপখি—যুধিষ্ঠিরদি ধর্ম্ম পুত্রনি। ঈশানা মীওইবগী অরাবদা রাদুনা কপখি—ঈশা ঈশ্বরগী মচানি। রামচন্দ্রনা রাবনগীদমক্তা কপখি

- রামচন্দ্র বিষ্ণুগী শায়ন্নি; শাক্য সিংহনা মীওইবা জাতিগী অরাবদা কপখি; মীওইবগী অরা অনা কোক্নবর্গীদমক পূম্নমক থাদোকখী—রাজসিংহাসন থাদোক্তুনা পলেম পম্থৌ থাদোক্তুনা নুংশিরবী ধর্ম্মপত্নীবু থাদোক্তুনা সন্ন্যাসী ওইখি- শাক্যসিংহ বুদ্ধদেবনি! পৃথিবীদা লৈরবা মীশিং অসিগী শরুক অহুম থোকপগী অমনা মহাকপু খুরুমজরি।. চৈতন্য মহাপ্রভু জোগাই- মাধাইগী মথুক্তা অরাবা ফংখি -মহাক শ্রীগৌরাঙ্গনি। অদু ওইরবনি কয়বু করম্না পাঙ্গল শোনবনি হায়রিগে! করিগুম্বা মতমদসু কপত্রবা মহাক অদা অতোনবনি। ঐসু মখোয়গুম্না কপ্লিবনি. ঐদি করিগী শোনগনি? মখোয়না কপ্লগা ঐনা কপ্লগা করি খেন্নবা লৈবগে? খেন্নবদি য়াম্না লৈত্রে। মখোয়না অতোপ্পগীদমক কপ্লিবনি, মরম অদুনা মখোয়গী মগিংবু য়াহৌ- রকপদা শোম্ননিংঙাই ওইরিবনি; ঐনা ইশাগীদমক কপচবনি, অদুনা ঐদি পিকখ্রবা, শোল্লবা জীবনি। ঐগী কপ্পদা ইশাগী কান্নবা য়াওরি, মরম অদুনা ঐনা কপ্পদি পাঙ্গল শোনবগী খুদম্নি। ঐগী নুংঙাইবা লোইখ্রে, থনবদা কপ্লিবনি, অদুনা ঐহাক অশোনবনি। ঐগী নুংশিবদি ইশাগী ওইজবা থিরনি, অদুনা ঐহাক অশোনবনি। মহাক্তি চৎখ্রবনি! অরা-অনা-না থল্লবা সংসার অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবনি। মহাক্তি অচিকপা লমদমদা মঙবা য়াকায়বা ঙমদনা য়াতাখ্রবনি! মহাক্না চৎখিব্রা লমদমদুদি—ওং-নৈবা লৈত্রবনি, খুদোং থীবা য়াওদ্রবনি; অরাবন্না চঙবা ঙমদ্রবনি, থায়নবা লৈত্রবনি, মফম অদুদি পূম্নমক নুংঙাইবগী

শক্তম ওইরবনি, য়েংউবা মাইকৈ খুদিংদা পুক্নিং হুনবগী মওংঙাক্তা ঙায়রবনি। শেংদবা অমাংবনা চঙবদা কিরবা মফম্নি; অদু ওইরবদি ঐনা মাগীদমক কপ্লিবা অসিবু করিগীনো? ঐগী মুংশিবা অসিনা অশেংবা ওইরম্লবা, ঐনা ইশাবু কাউজদুনা মুংশিবা ঙম্লবা, অদু ওইরম্লবদি মানা সংসার অসি থাদোক্তুনা চৎখিবদা মুংঙাইবমক ঙম্লমদ্রবস্তু রাদি-রারম্লোইদবনি। মদুদি নম্রদুনা পুন্সি হিদেন রাংমদা মিংয়েং তাম্লা লৈখ্রবী মহাকবু উর্নি, অদুনদি ঐহাক অসে কয়াদা তোনখ্রবনো! অতোপ্পগী-দমক্তা মশাবু কাউজবা ঙমদ্রবা মহাক অদু—অশোনবনি, করিস্তু লৈত্রবনি, পিক্লবা জীবনি। ইশানা খঙজরবা পোৎ অসিবু থাদোকে হায়দুনা কয়া হোৎনজরে অদুবু ঙম্বদি ঙমজদ্রেমে ইমা! অতোপ্পগীদমক্তা কপচনিঙই থম্মোয় অসিনা, পঙলবা পুক্নিংনদি ময়াদে! পুক্নিংনা নিঙই মীওইবগী জাতিগীদমক্তা ঐগী থম্মোয়দা চংজফম পীগে; মীওইবগীদমক, শা-উচেক্কীদমক ভীল কাঙগীদমক ইশাবু কাউজরগে—অদুবু অদুক্কী মতিক খল্লুরগা, অদুক্কী মতিক থাদোকপা ঙম্লক্ত্রে।

ইমা! নঙনা নঙগী ত্রোং ত্রোং লাউবা খোঞ্জেম্মা তক্তনা শক্নি নঙগী ইশৈ। মালঙবস্তু করিনো মুরুম মুরুম শোন্দুনা কোয়রি, নঙগী তোর্বান্দা। নঙগী তোর্বান্দা হৌবা হৈরাং-লৈরাং পাম্বীনা মশা নোমদুনা, মঙক হায়দুনা করিনো হায়রি-বসিবো। পুম্নমক অসি মাগী মাগী মরোল অমমম লৈবন্না? শোয়দনা লৈরম্বা ভাই। মীওইবনা খঙননবগী পাঙল রাৎপনা

খঙদবা ওইবা তাই। তৌইগুম্বসুং ঐদি মদু খঙই। নঙগী ঈংলবা শউম ফংবদা, নঙগী তোৰ্ব্বান্দা কমজবদা অদুগুম্বা খঙবা গুম্বগী জ্ঞান অদু ফংজরে। উন্নীনা হায়রি—য়েংউ, লোইবা নাইদ্রবা শংবান্নবা অভিয়াদা মকোয় মান্নরবা থাজ, পুন্যগী শক্তম লৌরিবী তুরেল, থা-দগী হুম্লকপা লিরি শিংপা মালঙবা—পুন্নমক অসিনা ঐবু হরাওহল্লি, অদুনা ঐনা হায়-হুল্লিবনি; মুংঙাইরবা মীদুদি-ঙাওরবনি, লৈতাদ্রবনি! মালঙবনা অমুক হায়রি—য়েংউ নিংথৌগী লৈকোনস্থু ওইসনু, চঙবা ঙমদ্রবা উমংস্থু ওইসনু, লৈরাংনা শাৎপা লমদমদা ঐনা য়োদবা লৈত্রা, লৈরাং-লৈনমবু পুদুনা কোয়না য়েনবা চৎলিবনি- ঐগীদি কম্নিস্থু কান্নজবা ফংবা নত্তে, অদু ওইদুনস্থু অতোপ্পগী পোৎলুম্বু ইকোকথক্তা থোন্দুনা কোয়না চৎলিবনি—লোবা লাক্তবা মী অদুগীস্থু ময়ুমদা চত্তুনা থিনবিরুরিবনি—অদুনদি মশাগী ওইজবা থাদোকপা, মীগী কান্নবা তৌবা হায়বসিনা অথোইবা ধৰ্ম্ম নত্রা? উপাম্বীনস্থু হায়রি—য়েংউ, য়ানগে লাক্লিবশিং অদুদা ঐনা কৈদৌঙৈদস্থু ইরুম পীদনা তোক্তে—অদুনদি য়েক্লববু মুংশিবা হায়বসি মহৌশাগী ওইরবা অচৌবগী খুদম নত্রা? অদুগা ইমা, নঙনস্থু হায়বিরি—য়েংউ, ঐদি দেবীনি; ঐগী ইশাগী অৱা-মুংঙাই লৈতে—নথোয়গীদমক্তা কল্লিবনি, মরমদি ঐনা নথোয়বু মুংশি, মুংশি খঙবা মহাক অদুতনা কপকদবনি। তৌইগুম্বসুং ঐনা কল্লিবা অসিগীদি ওন্নবা চাং লৈরি। ঐনা ঐগী মুংশিবা জগৎ থুংনা য়েম্থোক্তুনা মমৈথংদা মপাল নাইদ্রবা ইপাক্তা ভিম্নথ্রবা কাওবদস্থু, "ঐ" অদুদি লেঙদনা

লৈহৌরি—"ঐ" অদু অদুম লৈরি, মথোয়বু মপান নাইদনা মুংশিবা হায়বসি মহাকী থাকহোদনা তাইবং শিন্নুংনা য়েগ্নোকপা ঙম্বা মহাক অদুতনা মীথোয়-মীহেনবা নত্রা ? মীওইবা জাতি পূম্নমকপু মুংশিবা ঙম্বা অদুনা মহৌশাগী মুংঙাইবনি মরমদি অসিগুম্বা "মুংশিবা" অসিদি লেঙদ্রবা মাঙদ্রবা, চৎথিবা লৈত্রব "মুংশিবনি" —মী অমা চৎথ্রবস্থ মাগী হাঙলিবা মফম অদুদা কনাগুম্বা অনা পুশিল্লকপা য়াই, মহাকস্থ অমুক চৎথিবা য়াই. তৌইগুম্বস্থং মীওইবা জাতিদি কৈদৌঙৈদস্থ চৎথিদে—ঐ, নঙ, মহাক শিথিবা য়াই, তৌইগুম্বস্থং মীওইবদি কৈদৌঙৈদস্থ শিবা নাইরোই। ঐনা ৱারিবসে মী অমতবু অথম্ননা মুংশিরুবদগী ৱারিবনি। ঐনা মীওইবা জাতি পূম্নমকপু মুংশিরম্লবা অমস্থং ঐগী থম্মোয়দা মথোয়গী চঙজফম পীবা ঙম্নবদি ঐনা অপুক য়াম্না কপ্লম্লোইদবনি।

খঙজৱে ইমা ! নঙদি থৌজাল হৈবীনি. অতোনবশিংবু য়োকপিহৈবীনি, নঙবু শোকচরগা পুক্লিং অসি শেংদোকচৈ, নঙগী তোর্ববান্দা লৈজরগা শান্তি ফংজৈ। ধর্ম্ম তম্লিংবা, জ্ঞান ফংনিঙবা অমস্থং ঙাইবগী চাকনিবা ওইজরিবা মহাক অদুনা নঙগী নশাই-গোন্দা চঙজরকই। নঙদি মুংঙাইবা পূম্নমক পীবা ঙম্বী অমস্থং মীগী নিঙবা পূম্নমক থুংহনবা ঙম্বী ইমানি—ঐনা নঙোন্দা ভিক্ষা অমতং নিজরি ঐনা অমুক হম্না মীওইনা পোক্লবদি নঙগী তোর্ববান্দা পোকচগে—রাজচক্রবর্ত্তী ওইবদগী নঙগী তোর্ববান্দা তীল কাঙ ওইনা লৈজবনা হেম্না পামজৈ।

# থবাইবু লল্লোনবা

থবাই অমতং লল্লোনবা অসিবু য়াদ্রনে? পোৎ পূম্নমক্তি লল্লোনবা য়ারগা, থবাইদি লল্লোনবা য়াদ্রিবসিবু করিগীনো? মণি মুক্তা, সনা-লুপা মমল য়াম্লবা পোৎ কয়াবুদি লল্লোম্নরগা, মমল নাইদ্রবা পোৎ অসিমতং য়োঙ্গগে হায়দুনা কোয়না হাজবদা লৈবিনবা মী অমা ফাওবা চোংথোকপিরক্তবসিবু করিগীনো? ব্রহ্মামক্না কল্লরুফম ওইরবা মীওইবগী মপোক্লি হায়বদাই; করিগীনো পাম্নদ্রিবসিবু?

লল্লোনবা হায়বা অসিবু পোৎ মথল শুদ্রবদি য়াদ্রা? য়ুম অমা রায়রগা দোকান ফংদুনা থবাই অমতং য়োঙ্গবদা লৈবিনবা লৈরোইদ্রা? তোইগুম্বসুং লল্লোনবদি য়াররোই। পোৎ অসিদি য়োনবা য়াবা পোৎ নত্তে। মসিগী মপূদি মশা নত্তনা লৈতে। চাকনিংবা কয়ামরুমদা পীথোকখিবসু য়াই, অদুবু লৌবিনবা লৈতে। পোক্তি অফবনি—ফংনদদুনা মী কয়া কয়ানা কপ্নরিবনি, ফংলবদি পূম্নমক্না মশক খঙনরিবনি. ফংলগা মাঙখ্রবদা পম্মোয় কায়নম্লিবনি—পুন্সি লোইনরিবনি, সংসার অসি হাঙলিবনি, জগৎকী শুদ্ধাংপা মুংখিব্রনি, মঙাল পূম্নমক মমংখিব্রনি, ফজবা পোৎকী শুদ্ধাংপা মাঙখিব্রনি। থম্মোয়'সুংদা থাম্বি-মৈরায়নরক্লিবনি, থম্মোয় চেক্লানা মৈরি অসিদা ওম্না থোইনা খাঙলির্বনি, থবাই অসিনা হকচাংদগী মপাল থোকখিবগুম তৌরিবনি, পুন্সি'সিমগী সংসার অসিবু তুংওইননা থনম্নগে নিঙলিবনি। অদুবু মমল নাইদ্রবা মীনা ফংগে ওম্নদ্রবা

পোৎ অসিবু মপু নত্তনা কনা'মতা লৌবিয়ু হায়বা য়াখিদ্রে। মখোঙ পায়জদুনা, মখুৎ পায়জদুনা মিৎকী পিনা হায়জদুনা পীবা তাই, নত্ত্রবদি কনানসু লৌবিনিঙদ্রে। থরাইবু লল্লোল্লিবা মহাক অদুনা থরাইগী মপু ওইদ্রে হায়বসিবু থাজসির: ? থিদুনসু ফংদবা পোৎ অদুবু লল্লোল্লিবা মহাক অদুনা অচুম্বা ঙাংবদা কনানা থাজবিগনি ? অদুননি দোকান ফমদুনসু কায়রোই হায়রিবসে। পোৎ অদুদি অফবনি. তৌইগুম্বসুং পাপকী সংসার অসিদা করম্বা অফবা পোৎপু পাম্নবগে ? লৈরাংনা লৈমল চল্লকপদা, ফজবগী মতৌ মাঙখি. মুংশি ঈহৌরকপদা খাংঙুথক্লা কেমখিবদা মুজা কয়ানা তেংথারি -করম্বা অফবা পোৎপু লুনা-চান্না তৌনবগে ? মুপাগী মফমদসু, মুপীগী মফমদসু নিয়মদি অমতনি—ঐখোয়গী খুৎ পোক্লিবা মৈ অসিনা মখোয়গী মখুৎসু অদুম পোকনি! ঐখোয়বুদি চাকচসনু, মখোয়বুদি করিগী চাক-হল্লুগদগে ? ঐখোয়দা নারিবা লায়না অসিনা মখোয়বুসু নাহল্লিবনি। ঐখোয়না শিজবদি করি'মতা য়াজদে; তৌইগুম্বসুং মখোয়বুদি করিগী য়াহল্লুগদগে ? মুমিৎকী মঙান্দসু শিবা য়াবা মৈশা য়াওরি, মুংশিরবা মরুপ্তসু খৎননবগী মচাক লৈ, মুংদিনবদসু থাইনবা লৈ, লুনা চান্না নিঙজবগীসু ঙমথৈ লৈরি, লিরি শিৎপা মুংশিত্তসু খুদোংথিবা য়াওরি, মুজাশিংগী চিনবান্দসু পাখঙগী য়াহৈ পল্লকই, মখোয়গী মিত্তসু পিগী ঈরা চেল্লি. মখোয়গী থম্মোয়দসু অরা-পোৎলুম য়াওরি—অমুকসু হন্না হায়জরি, করম্বা পোৎপু লৌখৎসিগে, করম্ববু থাদোকসিগে ? চন্দন পাম্বীদা লৈ

শান্তে, কবিরৈগী মনম য়াওদে ; চু-পাম্বীদা মহয় য়ান্দে, ইশৈ তাবিনবা মতিকচাবা ভাবোক লৈতে. মুংঙাইবদা শান্তি লৈতে, শান্তিদনা মুংঙইবা য়াওদে—করম্বা পোৎনা থ্বাইদগী হেন্না ফরবগে। অয়েংবা মীগী শুমহৎনবগী মশক ওইরবা উমং অদুমক্তা য়েংলিবা মহাক অদুগী মোংফম্নি, ইংরেজগী লেমজনফম ওইরবা সভ্যতা অদুনা ঐখোয়গী মাঙননবা ওইররি ; নঙবু মুংঙাইবা পীরিবা রাখল অদুনা ঐবুদি রাহল্লিবনি, 'নঙবু ঈংহল্লিবা থাবল অসিনা ঐবুদি চাকহল্লে', নঙবু স্বর্গগী মুংঙাইবা পীরিবা "মুংশিবা" অদুনা ঐবুদি নরকী অৱা-অনা পীবিরে করম্বনোনে থনগদৌরিবা পোৎ অসিবো ? তাও লাউরক্লিবসে "উহয় লৈগদ্রা !" মহাকী মতৌ-শুম ঐস্থ থুমোক কোকথোঙ নাদুনা লম্বী খুদিং চত্তুনা, য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা লাউরগা ওইগদ্রা ? লাউরগা য়ারোইদ্রা—"কনানো থৱাই লৈবিগদবা ? লৌরিবা মহাক অদুস্থ কপ্পি, লৌদ্রিবা মহাক অদুস্থ কপ্পি, পীরিবা মহাক অদুস্থ অঙাওবনি পীদ্রিবা মহাক অদুস্থ অফবা মী নত্তে ;—কনানো তোঞ্জব। ঐগী থৱাই অসিবু লৈবিনিঙবা ?" নত্তে ! ৱাহৈ অসি তারবদি কনানা লৈবিবা লাকনি ? নত্তগা অস্থুন্না অমুক হায়রগে—যান্না ফখ্রবা পোৎনি ; মসিবু ইনাক্তা থম্নবদি থবক পাঙই ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙই, সংসারগী ৱাখন্দা মুংঙাইবা পোকই আশাদা থাজবা ঙম্মী. অহিংদদি তুম্বা য়াদে—কনানো থৱাইবু লৈবিগদবা ?" হন্দকমুকস্থ কনা মতা চোংথোকপিরক্তে ! দোষ অমা য়াওরিবা অসিনা ওইরমাল্লে। মসিদি দোষ নত্তে, অহিং চুপ্পা তুমদ্রিবসিদি মুংঙাইনা লেল্লিবনি,

মতুদি ঐতবা খঙজবনি, পূন্নমরুদি করম্না খঙবগনি ? অদু ওইরবদি ব্রাহৈ অসিমা লৌথোক্লগা অমুক হায়রগে—মপা লৈতবা পোৎনি ; য়োল্লিবা মী অদুনা অতোপ্পা ভগৎ অমদা মুক্তি ফংবনি। লৈরিবা মী অদুনা নহা ওইবগী পুন্সি অমুক হন্না ফংলবনি ; সংসারগী ফজবা উরগনি , মহাক্কী হৌখিবা হরাও মিনোক অমুক হন্না ফংগনি, মিৎকী পি কংলগনি ; মহাক মশামক্লা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংগনি – কনানো ঐগী থরাই অসিবু লৈবিগদবা ?” য়াম্না ফজখ্রবা ব্রানি। তৌইগুম্বস্নুং লাউবদা খোনাউ অসি কায়রে, অদুবু লৈবি· নবদি কনা অমতস্নু লাকপিদ্রে ! অতোপ্পগী থরাইবু লৌবা তারবদি মশাগী থরাই পীগোকপা তাই- মী অয়াম্বগী মরায়বক্তা, মশাগী থম্মোয় হান্না হাংদোক্তনা অতোপ্পগী থম্মোয় ফংবা ঙমদে। মশাগী থম্মোয় চৎখিগনি হনবদা অতোপ্পগী থরাইবু পাম্নদে ! অদুগা থুগাইদুনা য়োনগে হায়রবদি লৈবিনবা মী য়াম্না ফংই, পূল্লপ ওইনা য়োনগে হায়রবদি লৌবিনবা তাঙই। থম্মোয়গী নুংঙাইবা শরুক অদুবুদি পাম্নবা ঙাক্তনি অরাবা শরুক অদুতনি পাম্ন-দ্রিবসে,– নুংঙাইবদা নুংঙাই ববদি ব্রাত্তনা ফংই ; অরাবদা ব্রাবি-বদনি থিবদা ফংদ্রিবা। মসিনিনে ব্রান্নিবসে ! অরাবগীদমক ব্রাবিনবা থিবা ফদে – পুক্নিংগী ব্রা হায়জনবা পুক্নিংনা তাবা মী কোয়না থিবদস্নু ফংদে।

অরাববু শরুক য়াবিনবদি মী অমথক্তনি, মহাক্তনি শরুক লৌনিঙলিবস্নু। তৌইগুম্বস্নু মহাকপু লৈরবদি অরাবা হায়বদুবু অমুক লৈরিবরা ? লল লৈতস্নুস্নু ঐশ্বর্য্য লৈতসন্নু, মরুপস্নু লৈতসন্নু,

—চঙজফমস্থ লৈতসমু, শাইদাংফমস্থ লৈতসমু, ঙৈহাক্তং লেপফম মফম কাওবা লৈতসমু—মহাকপু লৈরবদি করিগী ব়াগনি ? অর়া-অনা কয়াস্থ লাকসমু, মৈচাক কয়াস্থ লাকসমু, অর়াবা লিশীং লিশীংনস্থ কোয়শিল্লকসমু—মহাকপু লৈরবদি করিগী ব়ারুগনি ? অরাম-খোরাংবগী মৈচাক্লা পুক অসি মৈগুম চাক্লবস্থ, খোরাংবনা খোরী অসি চেৎখায়রবস্থ, সংসারগী মৈচাক্লা হকচাং পুম্নমক চাক-থেকখ্রবস্থ মাগী মায়থোংদবু উজরবদি অর়াবা পুম্নমক মাঙখিগনি। মহাক লৈত্রে হায়না খল্লবদা ব়ারিবনি, নক্রবদবু করিগী থব়াইবু লপ্লোনবা লাকনি ? হৌজিক্তি থব়াই অসি হায়জদুনা পীথোকপা পামজরে, অদুবু কনা'মতস্থ লৌবিয়ু হায়বা য়াবিদ্রে! মতুংদা অমুক মাঙখিগদ্রা হায়বগী কিবনা কনা'মতস্থ মরোল থোকখিদ্রে। ঐগী থব়াইবু লৈবিনবা লৈত্রবদা "থম্মোয়" অসি শেগায়দুনা মীপুম তিংনা য়েংহন্নিঙই অদুবু ঐদি পুক্রিং শোনবনি ইশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙমদ্রিবনি, করম্না ঙমগনি ? ঐনা মতম কুইনা তৌরক্ত্রবা থবক্লিনা তৌগনি হায়বস্থ কাউথোকখ্রে। মীওইবগী মশাদা—নোকপা, কপ্পা, মুংশিবা, নুংঙাইবা পুম্নমক লৈ. লৈত্রবদবু করম্না হিংগনি ?—খজিক্তা ওইমবস্থ. য়াম্নবু ওইরবস্থ লৈদি—লৈরিবনি—তৌইগুম্বস্থং মখোয় অদুনা মাঙখ্রগা করি মওং ওইখিবগে হায়বগী ভাব অদুতনি লৈত্রিবদি। করি ওইখিবগে হায়বা অদুতা খঙননবা থব়াইবু য়োম্লগে হায়দুনা থোঙজিন খুদিংদা হাজরিবা অসিনি, অদুবু অর়াবদি, কনা অমতা লৌবিয়ু হায়বা য়াবিদ্রিবসিনি। সংসার অসিদা রত্ন কয়ামরুম লৈ অদুবু মহাকুম্বদি লৈতে। লোইবা

নাইদ্রবা সৌরজগৎ অসিদা থা কয়ামরুম থোক্লি, পৃথিবী অসিদদি থা অমদগী হেন্না উবা ফংদে, জুপিটারদা মরিনি, ইউরেনসতা তরুক্লি, সেটরন্দা নিপান্নি—ঐখোয়গী পাম্না থল্লবা পৃথিবী অসিদদি অমদগী হেন্না লৈতে! ঐখোয়গী থম্মোয়দসু অমদগী হেন্না থোক্তে। অতোপ্পবু ইশাদগী হেন্না চাউহন্নিঙথিববু অমুক্তং য়াও-খ্রবরা! মী অমতগা চাংদম্নবদা, মপাল নাইদ্রবা সংসার অসিবু করিসু ওইনা উদ্রিবনি। অতোপ্পবু লুনা তৌবা ঙম্নবা, মতেং পাংবা ঙম্নবা, থাজবা ঙম্নবা, নানবিবা ঙম্নবা—মদুতনি অশেংবা প্রেমদি! অহানবা নুংশিবনা অরোইবা নুংশিবনি। লেঙদবা নুংশিবদি অহানবা নুংশিখিবা অদুনি। মূর্ত্তি অদুদি নোংমদা লিশীংলক হন্না য়েংলবসু মিৎনা পেনবা নাইদে, মূর্ত্তি অদুদি পুন্সিচুপ্পা মিত্তা লেংদনা লৈরিবনি, থম্মোয়দা অমুক্তংবু য়েকখ্রবা মূর্ত্তি অদুদি কৈদৌঙৈদসু মুৎলরোইদবনি। মতমগী ঈচেন্দা পূম্নমক তাউথখি—রূপ নহাওইবা, হরাউবা, নুংঙাইবা, আশা পূম্নমক তাউথখি; তৌইগুম্বসুং থম্মোয়গী মমিদি মুৎপা ঙমদে। থম্মোয় অসিবু শেগায়দুনা হুন্দোকপা ঙমদ্রিফাওবদি মমি অসি মুৎলরোইদবনি। নহাকপু মুৎথৎলগা অনৌবা অমা অমুক য়েকলুরবদি ভুটকী শাম্নবুঙ ওইরগনি থম্মোয়দো।

থম্মোয়বুদি হোল্লগনি। মমল কয়াদা য়োল্লগা, করম্বা পোৎকা শিন্নরগা মতিকচাবা মমল ফংগদগে। করম্বা মমল ফংলগা পীথোকপা ঙমগনি? রূপ? রূপ হায়বসিবু করিনো? রূপ উরগা ইরাং চাউবা মীনা পুক্লিং লৈতাদে; অঙাউবা মীনা অমুক হেন্না

ঙাওই ; মশানা পঙজরবা মী অদুগী বুদ্ধি মাঙই ; চাক্লিবা মী অদুগী মৈচাক হেন্নগৎলি ; খুবম চেত্তবা মী অদু নানথ্‌ুগল্লি। রূপনা ঐঙোন্দা করি তৌনগনি ? নুমিৎ কয়ানিগীনো ? তিংথৌ মতোন্দা পকপা অনৌবা অয়ুক্কী-লিক্লাগুম, লাঙ্গজ'থক্কী কোঙ্গোল-গুম, লল্লোনবগী শেলগুম, লান্মীগী মকোক্‌ুম, তাগল্লবা থরাম্মিচাক্লুম, মীওইবগী পুন্সিগী মতৌগুম, ঐগী থম্মোয়নুংদা লৈজরম্বা মায়থোং অদুগী মতৌগুম, লৈরম্মী চৎখ্রে। রূপনা করি কান্নগনি —ঙৈহাক্কী ওইরবা তাইবংসিদা।

অদুদি ঈংনা লৈজরগে ! লল্লোম্লুবগী করি কান্নফম লৈরিবগে ? যমুনাগী গর্ভদা য়াতাজরবদি শান্তি ফংবা য়াই—মীগী মথোঙ মখুং পায়দুনা হায়জরুবনা করি কান্নগনি ? যমুনাগী লৈঙোইগী শয্যা থক্কুদা পুন্সিসিমগী ঈংনা য়াতাজবা অদুদগী হেনবা কন্না শান্তি লৈরমগদগে ? মদুদগী হেন্না নুংঙাইবা কদায়দা লৈরি ! নুংঙাইরোইদ্রনে মদুবো ? অদু ওইরবদি মদু তৌবা তারে।

অস্নুন্না থল্লদুনা য়ুমদগী মপাল থোরক্লে ! খোঞ্জেল য়াংনা লাউরুরে—"কনানো থরাই লৌবিগদবা ?" অমুরক-অনিরক-অহুম্নক হন্না লাউজরে—কনাস্নু লৌবিনিঙদ্রে। অমম্বা অহিং থ্‌ুগাইদুনা ইমুঙ অমদগী নুংঙাইরবা খোঞ্জেল অমা তারক্লে। ঈরাক্লরবা মীনা নাপী মকা অমা উবদা পাম্বৈ ফংলে নিঙজবগুম ; থঞ্জরম্মী ঐহাকস্নু মফম অসিদা থরাই অসিদং থনম্বা ঙমজরবদি। কোম্থোঙ ফাওবা চঙশিনজরে। লাউজরুরে—"থরাই লৌবিগদ্রা ?" নিংথিবী অমমা মপাল থোরক্তুনা হংলরে—"মমল কয়ানো ?"

ঐনা খুল্লম্মী,—"মুংঙাইবা।"

নিংথিবীদুনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই,—"মুংঙাইবা ?" মুংঙাইববু কনানা কনাদা পীবা ঙম্বগে ? মুংঙাইবা হায়বসিদি মশা মশাদা লৈজনি। ঐখোয় ময়াম পুম্নমক লৈমিন্নরিবা অসিবু স্বর্গদা লৈবগা অজ্ঞানি হায়নরি। হায়রিবা অসি অচুম্বনি; তৌইগুম্বমুং প্রমান অসিগী ফজবা অর্থদি পুম্নমক্কা খঙনদ্রি ! স্বর্গদা মুংঙাইবা ফংই অদুবু মুংঙাইবা অদু মশানা পুদুনা চৎপা তাই। ঐখোয়মু অদুমঙাই কনানা কনাবু মুংঙাইহনবা ঙমগদগে—শূক হায়বসি স্বর্গদা লৈরবসু ফৌ শুবনা মাগী মথৌনি।" ঐনা অমুক হায়রুরে—অদুদি ঐনা থিজরিবসি ফংলরোইদ্রা ?

নিংথিবীদুনা খুম্নকই :—

অনাবদা হিদাক পীজবা হায়বসিদি লম্বী অনানবদা চৈশু শুবনি, হিদাক কয়া পীজদুনসু মাগী ফরো হায়বা মুংমৎ অদু লাক্লিব্রা ফাওবদি অনাবা অদু খক ফবা ঙমদে; অমুকসু য়াম্না লুরবা অনাবা কয়াসু হিদাক করি'মতা পীজদনা ফবসু কোঙ্গায় য়াওনরি ; মীওইবগীসু পেনবা, মুংঙাইবা হায়বসি মশাদগী ফংজবা নত্তুনা, লল তানবগুম্না তাল্লদুনা ফংবা য়াবা পোৎ নত্তে। মশানা পেনবা ঙমজরবা মী অদুদি অরাৎপা লিশীং লিশীংগী মবক্তসু মুংঙাইবতনা মাগী থম্মোয়দা তত্তুনা তুংনফম ওইরিবনি। পৃথিবী অসিদদি অপাম্বগী ঙমখৈ লৈতে, নঙবগী লোইবা নাইদে। অদুক্কী মতিক ফংলিবা মহাক অদুনা অদুক্কী মতিক পাম্বসু হেনগৎল ক।

মুংঙাইবা, অৱাবা পুন্নমক অসিগী হৌরকফম ঈফুত্তি মী-ওইবগী পুক্লিংনি। মসিদি মিৎনা উবা পোৎস্থ নত্তে; কবিগুম্বা পোৎশক ওইনা লৈরম্বা থোক্লবদি পোৎ অমতা নত্রগা পোৎ মথল অমতবু পান্নরমগদবনি। প্রমাণ অমদা নঙদি ফজববু পামজবা মীনি, অদুনা মনম মুংশিবা অমম্থং ফজবা লৈ অদুবু চিঞ্জরগা নঙনা মদুদা মুংঙাইজরি, অমরোম্মদনা মনা-মশীংদবু পামজবা লৌউবা মী অমনা অদুক ফজখ্রবা লৈ অদুবু হাপু-হৱাংগী মতৌগুম্বা লৈকোন্দগী ফোইদৎতুনা হুন্দোকখি্র। খঙ্গদুনা অমুক্তং য়েংবিসি ফজরিবা অদু লৈরা নত্রগা পুক্লিংনরা? অদুনা মুংঙাইবনি হায়-রিবা, অৱাবনি হায়রিবা, পুন্নমক অসি ঐখোয়গী পুক্লিংগী ধর্ম্ম ঙাক্তুনি। অৱা-মুংঙাইবা হায়বসিদি পুক্লিংগী মথা পোনবনি। জগৎকী য়াইফনবতা থনবিরিবা বিধাতা মাগী নোংদমবু কনানা থিংবা ঙমগনি। বিধাতা মাগী থৌশিন্দা পেন্দদুনা নত্রগা খোয়-শাওদুনা "চৎখে্র—লৈত্রে" হায়বসিতনা ঐখোয়গী অৱাবগী চাং হেনগৎহল্লিবনি।

অদুদগীদি মুপী অমমম অনি অনি লাক্তুনা য়াম্না তিল্লরে। থব়াই য়োল্লি তাবদা মখোয় পুন্নমক ঙক্লরে। মুপী অমনা হংলকই,—নঙোন্দা থব়াই কয়া য়াওরিবগে?"

ঐনা খুম্লম্মী,—"অমদগী হেঞ্জদে।"

নিংথীবীদুনা অমুক হায়রকই,—"পোৎ অমথক্তা পুদুনবু লল্লোনবা য়াত্রা?" অমনা হৌগৎলদুনা হায়রকই,—"য়েংগে কদায়, করম্বা থব়াইনো?"

হৱাওবনা লুতোন কারদুনা থৱাই পীজরুরে। নিংথিবীদুনা য়েংলগা হায়রকই,—"থৱাই অসিদি কনানা লৈবিগনি? ড্যামেজ ওইরবা থৱাইসিবু কনানা লৈবিগনি? মসিগী থৱাইসিদি—থৌনা, রস, হৈনিংবা, আশা করিমতা য়াওদ্রে—ড্যামেজ ওইরবা পোৎ অসিবু কনানা লৌবিগনি? মসিদি শিজিন্নরুরবা পোৎনি!—কনাগুম্বগী মফমদা য়োম্বোকলুরবরা?" ঐগী পুক্নি সি সমদ্রু নৈবগুম লাংতক্লরক্লে। কোক ঙাওরক্লে। মিৎ তন্দন পাইখ্রে। থম্মোয় অসি কায়রদুনা কংলবা খোরী অসিনা ৱাহৈ অম্না অনিদং ফোং-দোকচরকই—"য়োঞ্জরুদ্রি! ঐনা ৱাশক্তুনা হায়রিবা অসিনি য়োঞ্জরুদ্রি। মী অমনা নমদুনা লৌবিখিবনি খঙহৌদনা ঐগী য়ুমদা চঙবিরক্তুনা মানা ঐগী থম্মোয়বু হুরানবিখিবনি। নোংমা, মেরাগী থাবলনা মালেম লৈমবু অঙৌবা ফিজোন শেৎপিরম্মী। অহিং মমৈ ওইরক্লবদা খঙহৌদনা তূম্বা কায়রম্মী; য়াতারিবী সুজা অমগী মায়থোংবু ওম্বোক্লা ফজনা উরুরে। মমৈ ওইরকপা অহিংগী তপ্না হুন্নকপা মুংশিংনা পুরকপা থাবলগী ঈপোমনা সুজা'-সিগী মায়থোংদা তাররে—য়েংবদা কয়াদা পুক্নিং হুরে। চিক্লা য়াতা-জরম্বা ঐংাক্নি, য়াকায়বিররে সুজা'সিগী মায়থোংনা লাইফদিবীগী মতৌগুম চপ লেপ্তুনা য়েংজখি—থম্মোই'মুংদা মুংঙাইবগী অনৌবা ঈথক হোৌরক্লে। ৱাখলগী ঈচেলনা অনৌবা লম্বী থিরক্লে! কোয়না কোয়না চেন্দুনা, হন্না হন্না লাক্তুনা, মায়থোং'দুবু য়েংজখি—কয়াগী মতিক ফজখ্রবা! অতিয়াদা থোক্লিবা থাম্ন মতম অদুদদি কয়াদা ফজখ্রে। মাইকৈ মরি য়েংলুবদা, সংসার অসি ফজবনা থনখ্রে।

থম্মোয়'সুংদা অমুক হন্থদুনা য়েংজবুদদি মাঙননবগী মশক ওইরয়ে! ঐগী থম্মোয় হুবিখ্রে। লমদম কপ্পা থিজরুরে। থা কৌবা লাইদা হংজরুরে—নোংপোক চীংমায় মরুমদগী মোমোন নোকপা মায়থোংনা পাউথুমদমক পীবিরমই। উরী-ৱারীদা হংজরুরে— নৌরবী ঙক অদুনা শাথেক্কা লোয়ননা হায়রকই। ফুগায়না শাংলবী লৈরাংদা হংজরুরে—মোমোন নোক্কুনা মঙোন্দা শিবিখ্রে হায়রবই। মাল্‌ঙবদা হংজরুরে—অৱাবা খোল্লাউ পীবিরকই। মতুংগী সুমিত্তা সুজা অদুদা হংলুরে—সুজাদো, মগায় ফিরুক থুমদুনা নোক্কা নোক্কা ইমুংদগী চেন্থোকখ্রে। হৌজিক্তি থঙজরে—মহাক অদো হুরানবীনি, নত্রবদবু করিগী চেল্লুগনি? নিংথিবীদুনা হায়রম্মী—"হুরানববু মশক থঙলবদি, পোং অদু অমুক পীয়ু হায়ৱ্রিবা করিগীনো?"

কনাগী মফমদনো ঐনা নিজরুগদবা? কনানো ঐঙোন্দা অমুক হন্না পীবিরমগদবা? মহাক্কী মায়থোংদা পুক্লিং হুরবা মিনোক উরগা থল্লকই—পুকচেল কল্লিদকো বিধি নঙসে! থৱাই অসিনা মশীং থৱা য়াম্না পীবিরম্লবদি অমা চৎখ্রবস্‌ লৈহৌরিবা থৱা অদুনা অরা-অনা থরদংদি কাউহন্দুনা লেনবা য়ারম্বনি। অদুম্না ভৌরবদি সংসার অসি মশক থঙজরম্লোইদবনি। মুংশিরুবনা কপ্পি হায়বসিদি কনানা থঙগনি? নিংথিবীদুদা অমুক হায়রুরে—করিনো ঐনা অমুক হন্না হায়জরুগদবসিবো, মায়থোং অদু উবদা পুম্নমক কাউখ্রে। সুজাদুনা অমুক হায়রকই,—অদু ওইরবদি করিগীদমক লল্লোনবা লাক্লিবনো? ঐগী পাউথুম—অৱাবসিবু করম্না ফোংদোকসিগে

মহাক্তি হৌজিক লৈত্রে। মতমগী ঈপাক্তা মায়থোংগা মায়থোংগা য়েংনরম্বনি, মিংকা-মিংকা চানরম্বনি, মহাক্তি অদুগুম্বা মতমগী ঈপাক্তা লুপখ্রে, অমুক হন্না ফাওগংলক্রে। মমাঙৈদদি মীগী মচিন্দগী অসুন্না তারম্মী, সমত্রু অসিগী হিনাউ শাবিনবা লৈ। মতম অদুদদি রাখল অসি অমুক্তবু খল্লুদে; মীনা হায়বা অদুদা থাজরম্মী। ঐগী রাববা মতম অসিদা থম্মোয় কায়রবা খোঞ্জেল্লা— 'হে তোল্লবগী মপূ তাইবং-ঈপাক লানবিবা! ঐগী থরাইদগী হেল্লবা—ঐগী লল পূন্নমক ওইজরবা—মহাক অদো লাঈঙ্ক-ইরোল'নুংশিদা লুপখ্রে, অমুক্তা লৌখৎপিয়ু। লাঈরবগী মণিদু অমুক্তা থিবিয়ু" কয়া লাউজরে, কয়া কপচরে—মীগী মরা, ওইদবা ঙাক্তনি। তাইবং ঈপাক লানবিনবা হিনাউ শাবিবা কনাসু লৈতে।" নিংথিবীদুনা অমুক হংলকই—"মহাকপুদি চংখ্রেনে অদুবু নঙগী থম্মোয়বু অমুক হন্না পীরম্বরা?" ঐনা খুল্লম্মী—অমুক হন্নসু পীরমদে, মানসু পুদুনা চৎখিদে—হুন্দোক্লগদুনা চৎপিখ্রে!" নিংথিবী-দুনা নোক্লগা হায়রকই—"অদু ওইরবদি নহাক ফত্রবা মীনি! মহাক্না নঙঙোন্দা পীরমদ্রবা পোৎ অদুদা নঙগী করি অধিকার লৈরিবগে? নঙনা মদুবু করম্না য়োনগদোরিবনো? কনাগী মরল কনানা য়োনগদোরিবনো? হুরানবা মীশক খঙলবসু নঙনা পোৎ অদুবু মুক হন্না পীরম্মু হায়হৌদ্রবনিনা, দান তৌথোকখ্রবনি। তৌথোকখ্রবা দানবু অমুক হঞ্জিনবা হায়বদুদি মহাপাপনি। হৌজিক্তি লমহেল্লবা পুক্নিংসে, রারকপিরক্লবদা করিসু ফোঙদোক-নিঙাই লৈতবনা কপ্পুনা হল্লক্লে। লম্বী চংনা চংনা খল্লকই—

—মী অমদা পীথোকখ্রবা পোৎ অদুবু কনাদা অমুক পীরুগনি ? পীথোকখ্রবা অদুদি চংখ্রবনি , তৌইগুম্বসুং মৈচাক 'সিদি । পীবু পীথোকখ্রবদি অমুক ফংলরোইদবনি ! চংখ্রবনি—তশেংনমক চংখ্রবনি ইথুক্তগীবু অমুক্তং নাম্থোকখ্রবদি, চংখ্রবনি। অমুকপু হন্না ফংলবদি পীথোকপগী করি কাম্নরিবগে ? মী অমদা পীথোকখ্রবা পোৎ অদুবু অমদা অমুক পীনিংঙলবদি মহাক অদুবু অকবা মীনি হায়গদ্রা ?

চংখিবা নাইবা গীওইবনি—অদুবু মানা চংলমদাইদা ঐগী ইপোৎ অদুবু পীরমদনা চংখিব্রসি করিগীনো ? চংখ্রবা পোৎ অদুগীদমক্তা নিঙশিঙবগী মমি লৈহৌরিবসিনা করিগীনো ? মসিনিনে-খ্বাইদগী ফজ্রিবসে। নিঙশিঙবা লৈবদগী অরাংপা পোক্লকইবনি। লৈত্রবা পোৎ অদুদা পুক্রিংগী রাখল পূন্নমক শিজিন্নবা অদুগী মমিং "নিঙশিঙবনি ." লৈত্রবা পোৎ অদুগী মমিং করিগী মুংথংখিত্রিবনো ? পাপকী মশক ওইরবা নিঙশিঙবা হায়বসি লৈহল্লম্লিবসিবু করিগীনো ? নিঙশিঙবা হায়বসি লৈত্রবদি চাওখৎলমগদ্রা মীওইবনা চাওখৎলে হায়নরিবসিদা কনাগী মুংঙাইবা হেনগৎলি ? চহি চনিগী মমাঙদা লৈরম্বা মীশিং অদু ঐখোয়দগী হেন্না রারমগদ্রা ? মখোয়দি হৌজিক মতমগী ঐখোয়গী মুংঙাইবগী পোৎচঙশিং অসি অমত্তা লৈরম্বা নত্তে, অদুবু পোৎশিং অদু য়াওদে হায়দুনা মখোয়শিং অদুবু ঐখোয়দগী হেন্না রারমগদ্রা। সমাজগী চাওখৎপদা করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বগী মিত্তগী পি কংখিবা য়াওরদ্রা ? করিগুম্বা

মতমদা কনাগুম্বগী হাঙলবা থম্মোয়বু থলহনখিবা য়াওরব্রা ? করিগুম্বদা কনাগুম্বগী কংলবা থম্মোয়-লৈকংলাদা লৈরাংনা ফুগায়না শাংখ্রবরা ? করিমতা নত্তে। মীওইবগী অরাবা-সুঙাইবা হায়বসি অরাৎপদগী থোকপা ঙাক্ত'ন, অরাৎপা লৈত্রবা মী অদুতনা সুংঙাইবনি। অরাংপা পুম্নমক মেনথৎপা ঙমদ্রবা মী অদু রারবনি। মহাক্কী অর:ৎপগী অয়াম্বা শরুক থুঙবা ঙমদ্রবা মহাক অদু অদুক্কী মতিক য়ারবনি। মহাক্কী রাংলিবা অদু ফংবা য়াররোইদবা মহাক অদুনা অমুক হেন্না রারবনি। ফংলরোইদবা অদুগীদমক্তা ফংনিঙলিবা মহাক অদুনা খ্বাইদগী হেন্ন রারবা মীনি। অদুগা অমুকস্থ করিমতা অরাৎপা লৈত্রবা মী অদুগা মান্নবা রাবা জগত্তা লৈত্রে। অরাৎপা লৈত্রবস্থ সুংঙাইবা নত্রি। অরাৎপা লৈরগা মদু ফঙনবা হোৎনবা অদুনা সুংঙাইবনি। চাওথৎপগা লোয়নননা অরাৎপস্থ হেনগৎলকই, হায়-বদি অরাবা হেনগৎলকই। চাওথংপা ' হায়বসি অমরোমদা হায়রগা অপাম্বা মশীং হেনগৎলকপনি হায়বস্থ য়াই।

অদুবু ঐনা হায়জরিবা রাক্ষমদি নিঙশিঙবগী রাক্ষমনি, কাউদুনা রাকোয় য়াম্না শৃরুরে। নিঙশিঙবা লৈরম্লিবাসিবু করিগীনো? নিঙশিঙবা লৈত্রব'দি মীওইবগী চাওথৎপস্থ লৈর-রোইদ্রা ? লৈরমদ্রবদি—থম্মোয়দা সমস্ক্রুসী ঈথক হৌরিবসি হৌরম্লোইদবনি। অকনবা নোংলৈ সুংশিৎনা থরায় অসি মপাম থোকহনখ্রগে মতাগুম হু হু হুম্লিবসি হুম্লোইদবনি। তৌইগুম্বস্থং মীওইবগী সুংঙাইবা কয়ামস্থ নিঙশিঙনবগী মরুনি! নিঙশিঙবা

ৱাৎপনা মুংঙাইবগী শরুকস্থ ৱাৎলবদি! চৎথ্রসমু—মুংঙাইবা মাগা লোয়ননা অৱাববু চৎথ্রবদিঃ নহাক্কী—চৈনাখোল অসি থাঙবা ঙমদ্রে। অহিং-মুংথিল অনিদা চৈনাখোল অসিনা চাক-শিল্লকপনা তুমখিদোৱে হকচাং অসে।

পাপকী মশক ওইরবা নিঙশিঙবা অসিনা ঐ:ঙান্দা চঙজফম লোউদুনা ঐবু চাকথেকপিরে। নিঙথমথাদা সন্ন্যাসীশিংনা উ:থাঙদা চঙজফম ওইরগা উশা অদুবু থুদেক্কুনা মৈ থাদোকপিবগুম, ফত্রবা নিঙশিঙবা অসিনা ঐঙোন্দা চঙজফম ওইবিরগা থম্মোয়বু কয়া য়াম্না ওৎপিরে-পুক্লিংগী মপা ফাওবা মৈ থাদোকপিরে। করি অমুক হায়সিগে হন্দক্কী মপোক অসিদদি থৱাইবু য়োম্থোক-পদস্থ লৈবিনবা লৈত্রে, ঐগী ইপোৎনি হায়দুনা কনাস্থ শোকপিয়ু হায়বা য়াবিদ্রে। খঙজরে, ঐগী অৱাবা ঈচেলগী তোর্ব্বান লাম্বা ফংদ্রে, কায়রবা থম্মোয় অসে কায়দুনা লোইখিবা তারে, কপ্পা কপ্পা অমুক হঞ্জরক্লে।

---

# পূর্ণিমাগী থাবল

শাংথ লেম্থনা, চীংনা লেম্না লমদম কৈদা পাংগে খল্লি, ঙৈহাক্তদি লেপ্লিখো; অমুক্তা মুম্না য়েংজহৌখিগে। ৱারবা মীওইবগী পুন্সিদা অরাবা মথল কয়ানি তৌইগুম্বস্তুং পুক্নিংগী অৱাবদি করিগুম্বা পোৎ অমতবু ময়েক শেংনা উবা ফংলক্তে। উবদা শুম্হৎনবগী মশক ওইরবা কয়াস্থ য়েংখ্রে, য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা কয়াস্থ উখ্রে—তৌইগুম্বস্তুং পূন্নমক অদু হৌজিক্তি মশেন মৱাং উরে। ফুগাইনা শাৎলবী লৈরাংস্থ য়েংনা য়েংনা কেনখ্রে; নোংথাঙগী জগোইস্থ উন-উনা মাঙখ্রে; ঙৈহাক ঙাল্লরগা মাঙখিবগুম পূন্নমক লোইখ্রে—করিগুম্বা অমতবু মিৎ পেম্না য়েংজহৌবা ফংহৌদ্রে। লৈরাংগী শুমহৎপা, মঙানগী ফজবা, নোংথাঙগী অঙকপা, থাবলগী অশেংবা—মফম অমতদা পূম্না উরম্মী, —হৌজিক্তি মতুস্থ কদাইদা চৎখ্রবগে—

ফুঙ্গনা হৌবা নোংলক্তা,  
নোংথাঙনা জগোই শাবগুম,

উৎপিরল্লগা ঙৈহাক্তং  
চৎপিখ্রে নহাক্তি,

থাবিরল্লগা থম্মোয়বুদি  
মচিন থোরবা তেঙ্গ্নেনা।

অমুক্তদি লেপ্লিখো ! মিং পেন্না, নিঙবা থুংনা অমুক্তদি য়েংজহৌখিগে নঙগী ফজনা শকফম্না, নঙগী অথোৎপা মওংনা ঐবু মিৎক্ষম হোংহল্লে। নঙগী নমায়দা মায়হিং কাবগুম ঐগী থম্মোয়স্তু অমুবা মমি তারবনি, অদুনা ঐনা নঙবু নুংশিজরিবনি। অদুগা ঐনা নঙবু নুংশিরিবসে অসিগীসুনি।

"নঙগী পুক্লিং হূরবা মিংয়েং, মোমোন নোকপা মায়থোং।"

মসিগীদমক্তরনে ? নত্তে। নঙগী নমিৎকী নুংশিবা অসিদা নত্তনা অতৈ খরস্তু লৈরিব্রা ? নঙদি অতিয়াগী থানি, অতিয়াগী লৈরাংনি—ইখুংনা পায়জদুনা চাম্বরক হন্না য়েংবস্তু য়ারোই। করিস্তুবুদি হায়নিংঙাই লৈজদে অদুবু পুক্লিংনদি হায়নিং-হায়নিং তৌরি—নাপ চিক্লা পাউজেঙ্গগে হায়দুনা অহিং মিংশেল খাঙজদুনা নঙবু ঙাইজরবস্তু, ইখুংনা শোকচবদি ফংলরোই। ঐগীদমক্তা হেন্না নোকপিবা, ঐ লাক্লে হায়দুনা হেন্না হরাও-মথোয় কাবস্তু নঙগী মায়থোঙদা উবা ফংজররোই। কৈদৌঙৈদস্তু নঙগী অমৃত চেল্লবা রাহৈনা নাকোংবুস্তু পেলহল্লরোই—নঙগী মিৎকী নুংশিবা নত্তনা অতৈ করি লৈরি !

হে থাবল। নঙবু উরগা, ঐগী মম্লবা নিঙশিঙবগী অতিয়াদা মশেল-মরাং ঙানবগুম তৌরম্লগা নোংথাঙগী মতোগুম মাঙখিব্রসিবু করিগীনো ? ঐনা মাবু তান্নজে—অয়েম্বদা তাহোরে। য়েংউবা মাইকৈ থুদিং অহাঙবতা মঙাইরে। ফংজনিঙলিবা অদুদি মশক ফাওবা উখিদ্রে। সংসার কোয়না থিরুরে শোকপদা মেঙলবা মনিদুবু অমুক্তং ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা। কদায় ! তত্তনা থিরুরগা থোইনা

হেন্না থম্মোয় কায়নবগী মশক ওইরে। মরুভুমিদা ওয়েসিস্ লৈ, শুব্ব বা উমংদা জীব বয়া লৈরি, পাক্লবা লমহাংদ আচোবা পুখ্রি কয়াসু লৈরি, সাগরদা দ্বীপ রাত্তনা লৈরি, তুরেন্দা ঈশিং চেল্লি, অতিয়াদা থরাম্মিচাক পরেং থোক্লি— এগী থম্মোয়দদি করি'মতা লৈখিদ্রে। এনা উরিবা তুরেল অসিগী তোর্বান নিঙথায়খে! ঈশিং লৈখিদ্রে; লানবিনবা হি লৈখিদ্রে! তুরেল অসিদা ঙা চাখিদ্রে; থানা মোমোন নোকখিদ্রে, থরাম্মিচাক্লা জগোই শাদ্রে, ঈশিংদা মমি তাদ্রে; তুরেল অসিগী ঈশিং কংখ্রে, খোঙমুং লৈত্রে, লৈঙোই য়াওদ্রে— তুরেল অস পুমহাঙ হাঙখে। অতিয়াদা নুমিৎ থোকখিদ্রে; থা থোকখিদ্রে, থরাম্মিচাক্লা তওপ-তরেং ঙান্দ্রে; নোং মংলক্তে, নোংথাঙ কুপ্পক্তে; বজ্রনা ঙংলক্তে— অকাশনি হায়বদু মঙায়রে। কংলবা লৈকংলা অসিদা নুমিংকী মঙাল তাদ্রে; নুংশিৎ শিৎত্রে; মৈশা লাংদ্রে; লৈঙোই য়াওদনা শাবা লৈকংলা ওইরে, শুকথরবী কুঞ্জ মচা অমা ফাওবা লৈখিদ্রে লৈকংলানি হায়বদু মঙায়রে। উমংদা পুম্রি লৈত্রে, উপাল হৌদ্রে, উরীনা পাম্বীদা য়েত্রে, তিংথৌগী অশংবা ফিরাংজি ফিদা উখিদ্রে, রারক্কী ভয়াল শাত্রে, উশাদা চেক্লা খোংখিদ্রে— হাঙলবা উমংনি। ফংলরোই মহাকপু করিগুম্বা মক্ষমদসু। অদুগী মতুংদা লোইবা নাইদ্রবা অরার্বাস চুমথৈ নাইদ্রবা অতিয়া মঙগা তিন্নহনহৃগে নিঙদুনা হন্না য়েংখৎচরুবদা নঙগী মায়থোং উরকপদা, নঙগী মশক ওইরবা মুত্তি অদু অমুক ফাওরক্লে। নরায়বক থিদকো থাজ নঙসে! অদুবু ফনমক লাইবকথিবী ওইদুনসু এনা নঙবু নুংশিজবদি তোক্লোই।

রাগে-রাহল্লু, মুংঙাইগে মুংঙাইহল্লু, কপকে কপহল্লু, নোকে নোকহল্লু—নঙবু মুংশবদি তোল্লুরোই। ঐনা নঙবু অশুক য়েংজ-নিংলিবসি করিগীনো? নঙদি খঙলিরোই,—মপা লৈত্রবা মায়থোংদুগা তাম্না লৈত্রবীদুগা মরী লৈনৈ হায়দুনা তৌবনি—নত্রবদবু নঙগা এগা করি থোক্লবগে? অদুবু, হে থাবল! ঐগী পুক্নিংদা রাখল হেক লাকপদা, অরাবা চৈনাখোল কয়া ফংই! পুন্সি অসি অমম্বগী ঈপাক্তা তাউই, সংসার অসি পূমহাঙ-হাঙই। ঐদি মুংঙাইবা পামজদে করিনা হায়ববু মুংঙাইবা হায়বসি অরাবদগী থাইদোকপা য়াদ্রবনি—অরা মুংঙাইগী মূল্তিবু সক্রেটিস্না য়েক্লম্বদু অচুম্বনি। ঐদি মুংঙাইবা পামজদে—ঐনা নিজরিবদি, শান্তি। অমুক্তসু হায়যুদনা থাবল! কদায়দা চৎলগা মিৎকী পি অসি কংগদগে, অদুগুম্বা শান্তিনিকেতন অদু কদায়দা লৈবগে? মহাকপু কাউবা ঙম্নবদি শান্তি ফংগনি হায়না নিঙই। অদুদি মহাকপু কাউরসিবা? হে ঈশ্বর! ওন্থোকপনি কাউগে খল্লুবনা নিঙ-শিঙনবগী মরম ওইরে। করিগুম্বা কাউবা ঙম্নবদি করিবু কাউনিঙই? নোংদম্বা মানা চানবিদুনা বর পীবিরক্লবদি মাবু কাউনিঙলিব্রা? নত্তে; বরনসু মহাকপু কাউবা ঙম্লোই। অদু ওইরবদি শিবতনা কাউনবগী খুৎলায় ওইরোইদ্রা? মহাক য়াওদনা হিংগদবগী শরুকপুদি মহাক্না চৎখিবা লমদমদা চত্তুনা মাবু উম্নরুবনা শান্তি ফংলোইদ্রা? অদুবু মীওইবগী রাখম্নি…। ঐনা কয়া কপচরি, মানদি উবিদে; ঐনা কয়া তেংথাজরি, মানদি তাবিদে—কদায়, ঐবু থেমজিনবিনবা অমুক্তসু লাকপিদে—কদায়, ঐগী পি অসি

তৈথোকপিনবা, নৌরবা খুৎ-শা অদু অমুক্তস্থ তিংথোপিরক্তে। অদুবু ঐনা কাউগে ঙমদ্রিবসিবু করিগীনো ? ঐনা মহাকপু কাউবা ঙম্লবদি— মম্নবা সংসার অসিদা থাংমৈ ভাম্না থানগৎলক্লগনি, অতিয়াদা থা থোক্লক্লগনি, লূরবা লাইজ ঈরোনম্নুংশিদা থরাম্মিচাক্লা জগোই শারগনি, লৈকংলাদা লৈরাংনা লৈকা ফম্না শাৎলগনি, সমদ্রুদা দ্বীপ তাউরগনি, উমংদা চেক্লা খোংলগনি, নোংগী মরক্তা নোংথাঙনা জগোই শারগনি, সংসার অসি য়েংউবা মায়কৈ খুদিংদা পুক্লিং শুমহৎলগনি, মপূগী খুৎশেমদা অঙকপা উরগনি, মীওইবগী মায়থোংদা মপূগী গুণ উরগনি, পূম্নমক থাজরগনি, খোঞ্জেল ব্রাংনা নোকচবা ঙম্লগনি। অমুক হন্না থম্মোয়গী বীণা খোংলক্লগনি, মিৎকী পি কংলগনি, অল্লাবগী অহিং লোইগ্রগনি। অদুবু, হে থম্মোয় ! নঙনা য়াদ্রিবসিবু করিগীনো ? পুক্লিং ! নঙংস্থ থঙঙ্, হায়বা য়াদ্রেদো, পুকচেল ! নঙস্থ ফাবা ঙমদ্রেদো ! অহিং-মুংথিল অনিদা মহাক্তবু খনবনা তোংশাদা শরুনা য়োম্লক্লে। হৌভিক্তি ঐনা মুম্না খঙজরে, নিঙশিঙবসিতনা ঐগী পুম্ফিনি— মসিবু কাউরবদি ঐগী করি তৌনিংঙাই লৈরি ? হাঙনা লৈগদবগী শরুকপুদি মাগী নিঙশিঙবা মমিনা থনজসনু থম্মোয়সে।

মহাক্কী চৈনাখোম্না ঐগী থম্মোয়বু চাকহল্লবস্থ, মরা ফুক্লবস্থ— মাবু নিঙশিঙজদুনা লৈজগে, মরমদি মাবু নিঙশিঙজবনা ঐগী পুক্লিংবু শেংহল্লি, মানা ঐগী থম্মোয়দা তক্তনা লৈরগা তমথিবা ব্রাথল কয়া চঙলকপা ঙমদে। মাবু লৈরবদি— নিঙঙ্দনা মীনা নোকপদা য়াওবা ঙম্মী, মীনা কপ্পদা কপ্পা ঙম্মী— ইশানা ইশাবু কাউজবগুম তৌই,

অমুকস্তু খন্নিঙলকই—অতোপ্পবু সুংঙাইহন্নবগী মীওইবগী মপোক্লি। থম্মোয় অসি চাক্তি চাক্লে অত্তুবু চাক্ত্রবদি করম্না শেংদোকনি? মৈ চঙত্রবদি সনা ফাওবা অশেংবা মচু থোক্লক্তিরবনি। অন্না-সুংঙাই লৈত্রবদি মীওইবগী অশেংবা পুক্লিং, করম্না লাকনি? ইশাগী কান্নবা খরদং লৈরি হায়বসিদি ইশানা য়াজরিবা অসিনি। মসিদি ঐগী ধর্ম্মগী অপুনবনি। মহাক্লবু থম্মোয়দগী মপাল থোকথ্রবদি ধর্ম্ম’গী অপুনবা পূন্নমকস্তু অমতা লৈররোই। মরম অসিদগী হায়জরিবা অসিনি, মহাকপু কাউরদি ধর্ম্ম’গী লম্বীদা হৌংনা চৎচবা ঙমজররোই—মশাবু কৎথোকপা হায়বদু রাহৈতা ওইনা লৈরগনি। মশাগী ওইজবা থাদোকপা, মীগী কান্নবা ভোবা, হায়রিবা পূন্নমক অসি অঙোবা চেবাং’ থক্তা অমুবা কালিনা য়েকপদগী হেন্না করিস্তু ওইবা য়াররোই।

মতম অমদা সংসারগী লীপুন থাদোক্লবা যোগীশিংনা হায়রম্মী—“মুপী ওইবীশিংবু মহূ কল্লবা লিম্নি হায়না খন্দুনা, মখোয়গী লম্বীদগী থাপ্না লৈয়ু; ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙগে নিঙলবদি, পুণ্য তানশিন-বদা মায় ওনশিন্নিঙলবদি, ইন্দ্রিয়বু খুদুম চন্নিঙলবদি, স্বর্গ কানিঙবগী রাথল চেল্লবদি, কৈদৌঙৈদস্তু মুজাশিংগী মায়থোংদা মিৎয়েং তাক্ল-গন্নু”—মতম অত্তুদদি মহাক্লা মুংঙাইথিরোই খনবদা ঐনা মাগী রাহৈগী পাউথুম পীথিদে, অত্তুবু পুক্লিংদদি নোক্লিংখি। স্বর্গগী কাবগী লম্বীদা অপনবা পীগনি হায়দুনা মুজাশিংগী মায়থোংবু য়েংলোইদবা? মক্ত্রবা, মুংশিরবা মুজাশিংগী মায়থোংবু য়েংত্রবদি করম্না স্বর্গ মশক খঙগনি, করম্না মুঙাইবা ফাওগনি? মুজাশিংগী

মায়থোংবু য়েংলুদ্রবদা—ভক্তি, সুংশিবা, খাঙবা কমবা, মশাবু খাদোকচবা, মশাগী ওইজবা থিদনা সুংশিবা হায়বদু করম্বা মশক খঙগনি ? মখোয়গী মায়থোং য়েংলুদ্রবদি—নন্দন কানন্দা করম্বা লৈরাং শাৎলিবগে, অপ্সরাশিংগী শৈহেক্না করম তৌবগে হায়বদু করম্বা খঙগনি ? নিংথিবীশিংগী মায়থোংবু য়েংদ্রবদা মপান নাইদনা সুংশিবা হায়বদু করম্বা মশক খঙগনি ? পাপকী সংসার অসিদা মুজাশিংগী মায়থোং নত্তনা য়েংবদা মতিক চাবা করম্বা পোৎ লৈরিবগে ? মখোয়গী খোঞ্জেল নত্তনা তাবদা মতিকচাবা করম্বা খোঞ্জেল লৈরিবগে ? ধর্ম্ম তম্নবগীদমক মুজাশিংগী থম্মোয়গা মান্নবা করম্বা ফিদম লৈরিবগে ?

হে থাবল ! অনৌবা নোংগী মরক্তগী মুনা য়েংথোকপিরক্লগা খোঞ্জেল রাংনা নোকপদি, করি পাউবু চেল্লিবনো ? নমথাক নত্রা ? মচিন্তনা সুংশিবা নত্রা ? নত্রবদবু করিগী ঐগী থম্মোয়বু মীনায়গুম্না পুনশিন্দুনা থম্বিগনি ? মীনায়গীদি মপূ ওইরক্লবগী মতম লৈ মহাকী নাইরোই লোইরগা মপুং ফানা মনিঙ তম্লবগী মতম লৈ, জৌইগুম্নমুং থরাই. হকচাং পুক্লিংনা মীনায় ওইখিবদি করিগুম্বা মতমদস্সু নাম্থোকপা ওমদে। অদুগুম্না মী অদুদি মতম লৈবখিবিক্তো অত্তোয়গী শামপোৎকী মওংগুম থম্বিরি । অদুগা অসিমতংদি হায়রুনিঙই—হকচাংবু ওৎ-নৈবা হায়বসি অধর্ম্মনি । ইন্দ্রিয়বু ওৎ-নৈবা হায়বা অসিনা অমুক হেন্না চাউখ্রবা পাপনি ! অদুগা থরায়বু ওৎ-নৈবগা মান্নবা পাপতি জগৎ অসিদা লৈত্রবনি । ভাল্লিবা থাজৈসে অসি অমুক মুংথ্রবদসু অমুক ভাল্লকই, সুমিৎকী মঙাম্না

য়ৈবদা তিংথৌ মতোন্দা পকপা লিক্লাদু কংখ্রবসু হয়েং ইসুঙ-ঙান-বদা ঙসিগী মতৌগুম অমুক উবা ফংলি, তাকখ্রবা কোন্দোলসু অমুক হন্না কারকই তৌইগুম্বসুং ঐগী লোইখ্রবা মুংঙাইবদি অমুক হন্না লাকপিত্রে।

হে ঈশ্বর! ফজ-মুংঙাইবনা থল্লবা সংসার ওইরবদি করিগী য়েংহল্লিংলোইদগে? মদু নত্তে হায়বদগী য়েংহনবিদ্রি। সংসারগী মুংঙাইরবা ইরাঙদা মুংঙাইজরিবশিং অদুগী মথক্তা ঐখোয়না করিগী পেল্লোই? মখোয়বু ঐখোয়না খামফম থোকপ্রা? ঐখোয়না নিঙজরিবদি সংসারগী মুংঙাইবদগী মরুম থুপ্না লৈজগে হায়বদনি। মপাম্থোংদা ইনিঙ ইখা তম্না ফোংদোকপনা করি কান্নগনি? মপান-থোংদা ফোংদোকপনা থম্মোয়দা লোত্তুনা থম্বা মুংঙাইবা অমসুং মুংশিবদগী হেনবা নত্তে অতিয়াদগী চুথরকপা নোংলীগুম চেন্থ-রকপা হুমাংগী মরিক উরগা মাগীদমক খনবিবা ঙম্বা, নিঙবা কায়বা মায়থোং উরগা শোরারেন্না ইথক্তা ননবগুম খনবা ঙম্বা, মিৎকী পিরাং উরগা মাগীদমক থরাই পীথোকপা ঙম্বা, মসিদগী হেনবা করম্বা মুংঙাইবা অমা সংসারদা লৈরিবগে? মশাগী ওইজবতনা মাঙ থানা চঙনরবা সংসার অসিদা অদুগুম্বা য়েংনিংদ্রবা ম্যায়থোং অদুবু য়েংবিনবা কনা য়াওরিবগে? মীগী অরাবা উরগা খাক্লা নোকপিবা, মীগী মুংঙাইবা উরগা শুকথনিঙবা তাইবংপান নত্রা? তিংখং মুরিবা মহাক অদুতনা চৈনাখোল কাওবনি। অদুবু ঐদি ঐনা রাবদা মীবু রাহঙনিংদে মীনা রারদা ঐহাক্লা রাজগে। ঐবুদি সংসারগী অরা-মৈচাক্লা চাকসন্নু, অদুদা অরাবা খাঙজগে,

মতুনা মুংঙাইবা ওইজগে, তৌইগুম্বন্নুং মীবুদি করিগী য়াহল্লুগনি ? মখোয়গী মুংঙাই-য়াইফ পূন্নমক ইকোকথোংনা পুজরক্লগা মখোয়দা পীজগে—ঐখোয় লৈনা-লৈনা মখোয়না করিগীদমক অরাবা থাওগ-দগে ? হে থাবল ! অরা-মৈচাক মরক্তা নঙগী ঈংলবা মায়থোং উবদা লাইজ খিকপগুম ঈংখ্রে, থম্মোয়সে, মৈচাক পূন্নমক কাউখ্রে। নঙবু থম্মোয়নুংদা চেৎনা থমজগে—নঙনা নোকপা উরগা ঐস্থু নোকচগে, নঙনা কপ্পদা ঐস্থু য়াওজগে। অরা-অনা কয়ানা থরাইবু ওৎলরবা মতমদা নঙগী মায়থোং য়েংজরগা পোত্থাজবা ওইজগে। ঙসিগী মতৌগুম মঙগী ঈংলবা মঙাম্না মালেম' শিনথুংনা য়েল্লকপা মতমদা, নঙগী থাবল ঈথক্তা ঐস্থু তাউজগে। সংসার অসিবু য়েংনিঙলক্ত্রবা মতমদা নংঙোন্দা মিৎথকম ওইজগে। অঙাং ওইরিঙৈগী হৌখিবা মুংঙাইবা পুন্সিনা ঐগী থম্মোয় বীণাদা অমুক হন্না খোংলরবা মতম্দা, মুংঙাইবা পূন্নমক নঙগী নকাদা ফোংদোকচরগে। সংসার রাংমগী রাথম্না থম্মোয়দা ইথক হৌরকপদা, নঙগী মায়থোং য়েংজরগা অচেৎপা রাখনগী মরু হুপ্পগে। অতোপ্পগী রাবিবদা মিত্তগী পি তারকপা মতমদা , নঙগী মায়থোং য়েংজরগা মীওইবগী পুকচেল চাউবা তম্নজগে। মুংশি-শক্তম ওইরবী ভক্তিগী তুংনক্কম ওইরবী, অখাঙ কনবগী শকক্কম লোৌরবী মহাক্কী অরাবদা ইশাবু কাউজরক্লবা মতম্দা, নঙগী মায়থোং য়েংজরগা মমল য়াওদনা মুংশিবা তমজগে। মসিদগী হেনবা থোইদোকপা থৌজাল অমা পামজদে। মসিদগী হেনবা করম্বা মুংঙাইবা লৈরিবগে ?

হে থাবল ! নঙগী নতুং ইন্দুনা লমদম কয়া চৎলুরে, সংসার

থুংনা কোয়রুরে, কদায়—শান্তিদি ! রাখলগী ইপাক্তা তাউথবদগী হেন্না ইখোঙ ইথুৎ হোত্তুনা ইরোইবদি ঙমজদে। রাখলগী ইপাক্তা তাউথদুনা মাবু থিগে হায়দুনা, তাম্নবা লমদম কয়া য়োরুরে তৌতগুম্বসুং মাবুদি মখি ফাওবা উরক্তে। মসিনিনে সংসারগী ফত্রবা নিয়মসে করম্বা পোৎনা মাঙদবা লৈবগে ? য়াম্না লুনা থম্লবসু মাঙখি। য়েংদুনতা থম্লবসু মাঙখি। থম্মোয়দা চেৎনা থম্লবসু মাঙখি। অদুগা চঙবা ঙমদ্রবা শুরুবা উমং অসিদা—লুরবা সমত্রু অসিদা মাঙখ্রবদি কনা-না থিবিরুগনি, করম্না থিরুগনি ? সংসার অসিদা লাকপা মতমদা প্রকৃতি ইমানা, সংসার ঈপাক্তা তাউবদা মুংঙাইনবা হায়দুনা মমল্ নাইদ্রবা পোৎ কয়া-য়াম্না পীবিরকই পুক্লিং চম্বা, হরাউবা, রাখল চেৎপা, থৌনা, জগৎকী য়াইফনবা থনবা, লীলাগী মশক ওইরবা কল্লনা। হৌজিক্তি পূম্নমক অসি লোইনা মাঙখ্রে—অমমমতা মাঙখিবা নত্তে, অমুক্তদা মাঙখিবনি—পূম্নমক লোইখ্রে ! হনখিবা মতমদা সংসার ঈপাক্তা তাউরুবগী অরাবা রারী নত্তনা করি পুনিংঙাই লৈরি। হে ঈশ্বর ! নহাকপু মীওইবগী মপা নত্রা ? অদুগা মচাগীদমক মপানা মুংশিবদু, নঙগীদি কদায় ? জগৎ সংসার অসিদা অমুক য়াম্না অরাবা পীবিরিবসিবু করিগীনো ? মীওইবগী থম্মোয়বু থাইন-মৈশা লাংহন-বিরিবসিনা করিগীনো ? কপ্পগী লীলা শাম্নবিগে হায়দুনা ঐথোয়বু ব্রজভূমি'সিদা থাবিরক্লিবরা ? নঙদি থৌজালগী মপুনি। নঙদি তৌনিঙবতা তৌবা ঙম্লিবনি। নঙদি শক্তি পূম্নমকী মপুনি। শক্তি অহুম অসিগী মপু ওইরবা নহাক্না সংসার অসিদা অরাববু

অমুক য়েন্থোকপিরিবসিবু করিগীনো ? সংসার অসি অব়াবগী মশক্তি হায়বা অসিদি কনানস্থু য়াদবা তৌরোই, তৌইগুম্বস্তুং শক্তি অহুম অসি লৈ হায়বসিতনি কাউনরিবা। মহাক্না থোজালগী মপূ ওইরবদি, অব়াবনা পোৎলুম ক্ষারবা মতমদা কোকপিনবা শোয়দনা তৌবি-রক্কনি—নত্রবদি থৌজালগী মমল লৈরিবরা ? অব়াবগী-অব়াবা কোকহন্নবা হোৎনবা অদুবু থৌজাল কৌরিবনি। নিঙলিবসিবু থিংবিনবা লৈত্রবদি শোয়দনমক থবক মহয় য়ানগনি।

ঈশ্বরগী পূক্লিংদি করিগুম্বা অমতনস্থু খিংবা ঙম্বা নত্তে মহাক্কী থবক্তি শোয়দনমক মহয় য়ানগনি। মদুদি তৌবিদ্রে, মীওইবগী অব়াবদি কোকহনবিদ্রে, মানা নিজরিবা অদুদি ফংহনবিদ্রে ; মরম অসিদগী হায়জরিবসিনি, ইবুংঙো মহাক্না মীওইববু অরা ঈপাক লানবিগে নিঙদে। অদু ওইরবদি ঈশ্বর মহাকপু করম্না থৌজাল হৈবনি হায়গনি ? মহাক্না মীওইবগী অব়াববু কোকপিগে খন্দ্রবদি করম্বা রাখন্না মহাক্কী ওইরিবনো ? করম্না শক্তি পূন্নমক্কী মপূনি হায়গনি ? অদুবু হায়রিবা পূন্নমক অসি রাখল ঙাক্তনি।

চুম্মী মাঙবা নাইবা সংসারনি অদুবু পূন্নমক অসিদি করিস্থু লেঙদ্রি, করিমতা কায়দ্রি। ঙসি জগৎ অসিদা উরিবা পোৎ পূন্নামক অসি মতম পূন্নমক্তা লৈরম্নবা ঙাক্তনি। আত্মাদি ওনবা লৈতে—তিম্নরম্বদগী কায়নখিবদনি—লৈনরম্বা মরীদু তৎনখিবনি। অদুবু হে ঈশ্বর ! মরী অদু পদৎপিরিবা করিগীনো ? তৎখ্রবদি পুন্সিশিমগী তৎহনবিদ্রিবা করিনো ? অমা তৎখ্রবা মতুংদা অমগা অমুক শমজিন্নবিরিবনা করিগীনো মুংঙাইবগী মরী তৎখ্রবা মতুংদা

অরাবগী মরীগা অমুক শমজিন্নবিরিবসিনা, নঙগী করম্বা থৌরাংনো ? মুংঙাইবগী মরী তৎখিবগা লোয়ননা সংসারগী মরী পূম্নমক থদৎ-পিরবদি কয়াদা মুংঙাইবগী মশক ওইগবনো !

পূর্ণিমাগী থাবল ! মুমিৎ অদু নিঙশিঙগুবদা তু-চুংদবা ঙমদে ? হৌজিক্তি অদুগুম্বা মুমিৎ অদো অমুক হন্না লাক্লরোই, লাকনি হায়বগী আশাসু উদ্রে। মুমিৎ অদুদি জগৎ পূম্নমক অসি মুংঙাইবগী মশক ওইরম্মী, মীওইবা মপোকসি মহম্ন য়াম্লবনি খল্লম্মী। মতম অদুনদি য়ারবসু ইতোমদনি খল্লমদে। নঙগী মোমোন নোকপা মায়থোং উরগা পাউদমজনবা মঙমসু লৈরম্মী, তাবিনবসু য়াৎলমদে। মাগী মায়থোং য়েংলগা নঙগী মায়থোং কাউনবগী মশক ওইরবী মহাক অদু ঙসিদি ঐবু য়ারবা তাইবং ঈপাকসিদা ইতোমদা হুন্দোকপিরম্নগা চৎখ্রে। হৌজিক্তি পাক্লবা জগৎ সংসার অসিদা ঙাইহাক্তং ফাওবা পোত্থাফম লৈরক্রে। য়েংবিউ ! মীওইবা হায়বসে কয়াদা মশাগী মুংঙাইবা থিখ্রবনো মাগী মুংঙাইজফম ওইবা পোৎ অমতং য়াৎপদা সংসার অপূম্বা অমম্বগী মশক ওইরিবসে। মহাক্তং য়াৎপদা হকচাং অসি থরাই য়াওদ্রবগুম খলহল্লি, থম্মোয় অসি ইহাঙ-হাঙলি, থরাম্মিচাক থোক্না-থোক্না অতিয়া অসি মল্লি,—কয়াদা ঙকখ্রবনো ! অতিয়াদা থোকপা থাদি অমুক তাখ্রবসু অমুক থোরকপা নাই, তৌইগুম্বসুং থম্মোয়গী থাদি তাবু তাখ্রবদি থোরকপা কৌবা নাইখিদ্রে। মীওইবনা অরান-খুভম ফংবা হায়না তাম্নরিবা অসিবু মসিবু কৌবরা ? হে চাম্নথোইরবী ! পুক্লিং হুরবা মতম'সিদা অমুক্তদি লাকউদনা !

মুংশিরবা থাবল অসিবু অমুকা হেন্না পুক্লিং হুহন্নবা ঐগী ইমাঙদা অমুক্তদি লেপলোদনা! মিৎচিদা লোৎপা নঙগী মিনোক্তো, তাইবং শুমহৎপা মিনোক্তো, অমুক্তদি য়েংজগেদনা! তান্নাবু ঙমজবী খোঞ্জেলদো, নাকোঙগী নাকোঙনা তাদ্রবস্থ পুক্লিংগী নাকোঙদা অদুক্তদি তাহল্লুগবা! তাইবং পানববু ফজবা হেনগৎ-হনবা নঙগী মিৎয়েং অদুনা ঐগী চাক্লবা থরাই অসিদা অমৃত অমুক্তদি থিকপিয়ু! অসি য়োৎখ্রবা প্রেম অসিবু কায়নগনি হায়বসি কৈদৌঙৈদস্থ থনথিদে। নঙবু য়াওদনা পুন্সি লেনগনি হায়বসি মঙদা ফাওবা মঙথিদে। হে থাজ-ও! করিগীনো নঙনা ফুঙ্গনা হৌবা নোংলক্তা লোৎখ্রিবদি? য়েংউ, ঐগী-থম্মোয়গী আকাশতা মংলকইবা নোং অসে—অদুবু মখোল থোক্লা থাক লাউবদি ঙমজদ্রে, মমদুনতা মরৈরে। ব্লারবা মতমদা মীওইবনা অরা পোত্থাবা ওইনা কপ্পরি, ঐদি কপচবস্থ ঙমজদে; মিৎ অসিদা তারক্লবা পি মরিক অমা ফাওবা লৈত্রে; কংহনখ্রে, মহাক্কী মৈচাক্লা। পিগী ঈচেল কংথিবনা কপ্পা ঙমদ্রবনি! অদুননিনে সংসার অসিদা লৈনিঙদ্রিবসে। নঙগী লাইবকফবী মঙাল অসিদা চোংথদুনা থরাই থাজবস্থ য়াদ্রে, মরমদি নোংগী মরুমদা থুপখ্রে নহাক্তি। নঙগী ময়েক শেংদ্রবা মঙাল অসিনা ঐঙোন্দদি মপাল নাইদনা মুংঙাইবা পীরি—ঐগী থম্মোয়গা নঙগী মঙাল অসিগা চপ চানৈ। অদুবু হাংদোক্লরোইদ্রনে নঙগী মায়থোঙদো? অদু ওইরবদি ঐনা মক্কম অসিদা ক্কমদুনা করি তৌক্লখিগনি? হৌজিক্তি চৎচরগে। ঙাংনখ্রিবা ময়াম অসি কৈদৌঙৈদস্থ

কাউজরোই—মতম ফংলবা মতমদা অমুক লাক্কুনা নওবু য়েংজ-রথিগে। ওসিগী মতৌ অসিগুম্না মুমিৎ অদুদসু ইতোমদা তুমিন্না লাকিচন্ত্রুনা য়েংজরগে। মিত্তনা য়েংজবনি অদুবু—ইন্দ্রিয় পূন্নমক মিত্তা থমজরগা অমুক্তংদি—অমুক্তদি মিৎ পেন্না য়েংজন্দুনা হনথিগে। অরাবগী শককম ওইরবা ঐগী পুন্সি অসিন' মসিদগী হেন্না মুংঙাইবা কদায়দগী ফংলুগনি। মালঙনা লিরি হুল্লকপা, অহিংনা ইচিক হুল্লকপা তাইবং মীথোল তারক্কবা, চিল্লবা অসিগুম্বা মতম অসিদা নাইতোম পান্থবা চেক্লাগুম ইতোমদা লাকচগে, নওবু য়েংজ-রগা হনথিগে। ইতোমদা লাকচগনি, কল্লিনা হায়ববু অরাবা হায়বসিদি মশাগী ওইজবা থিগল্লি—রারিবা মহাক অদুনা অচিকপদা মপান্মী। অদুগা হবাউ তয়াম্না মপূং ফারবা মুমিৎ অদুদি কপ্পনা মহাকী মরায়বক্নি। কপ্পদা অসুকী মতিক মুংঙাই হায়বদু খঙলমদে। খঙদ্রিবা মহাক অদুসু মুংঙাইতবা নত্তে।

থম্মোইগী লাঙ্গনাবু ফহনবা ওম্বা
করম্বা লাঙ্গয়েং হিদাক লৈবগে ?

# মোংফমদা

মফম অসিদবু লাক্লবদি পূন্নমক চপ মান্নখে। অপঙ অশিং, লাঙ্গৈর-ইনাকখুনবা, অথিবা ফজবা, অচৌ-পিশক ; ব্রাহ্মণ, শূদ্র ; নিংথৌ, লম্বীগী চাক্লিবা হরীজন—মফম অসিদদি করি'মতা খেন্নবা লৈতে। মফম অসিদবু লাক্লবদি অরা-অনাগী মৈচাক পূন্নমক মতোল লোমখে। শাক্যসিংহসু ওইসনু শঙ্করাচর্য্যসু ওইসনু রুসোসু ওইসনু লেনিনসু ওইসনু ; মিৎয়েং অমতদা চপ মান্ননা য়েংবদি মফম অসি নত্তনা জগত্তা করিগুম্বা মফম অমতা লৈতে। কৈথেল অসিদদি পোৎ খুদিংমক দর চপ মান্নে—খ্বাইদগী হেন্না চাউরবা, খ্বাইদগী হেন্না পিক্লবা কালিদাস অমসুং উথোঙগী কবি, মফম অসিদদি মমল চপ মান্নে। মরম অসিদগী মফম অসিবু হায়নরি, ধর্ম্মগী ভাবনা থল্লবা মফম্নি—মফম অসি অফবা পাউতাক্তনা থল্লবনি—মফম অসি খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা মফম্নি।

মফম অসিদা ফমদুনা অমুক্তং ' রাথল থনবা ঙম্নবদি, মীওইবনা অচাওরোল কাবগী অর্থ য়াওদ্রবা রাথল অদু খঙবা ঙম্মী, অহঙ্কার পূন্নমক মরা ফুকখি, মশাবু সুংশিজবদুগী ইকায়বা ফংই, মশাগী ওইজবা তানবগী তোল্লবা রাথল অদুনা পুক্লিংদা চঙলকপা ঙমদে। ঙসি ওইরবসু, হয়েং ওইরবসু, চহি তরাগী মতুংদা ওইরবসু, পূন্নমক লাক্তুনা মোংফম অসিগী তম্পাক্তা য়াতারোইদবা কনা লৈরি ? অকল-অথৌ কয়াসু, মায়থিবা পীবা ঙমত্রবা অহঙ্কারসু, পৃথিবী অসি লৈত্রে হায়দুনা কপচরিবা মহাক

অদুসু মফম অসিগী লৈপাক্কা অমতা ওইগ্রবনি—নঙ, ঐদি কনানো? মাগী ফজবনা ট্রয়বু চাকথেকহনখ্রবা, মাগী শুমহৎপগী ঈচেন্দা য়াবনগী শাগৈ তাউথখ্রবা মহাক্কী চেৎলবা লীপুন্না জুলিয়স্ সিজরবু পুনখিবা, অদুগুম্বী মতম পুন্নমক্তা লোতুনতা লৈরবী, অশেংবা মায়থোংতনা মখোয়গী ওইজরবীশিং অদুতসু লৈপাক ওনখ্রবদা —নঙ, ঐদি কনানো? সংসার অসিবু নুমিৎ কয়ানিগীনো? পুন্সি অসিবু মতম কয়াগীনো? লাইজথক্কী কোঙ্গোলগুম মালঙ ঈহুন ফংবদা মাঙখিগদবা মী ৭ইবগী পুন্সিনি। ঙসিদি অহঙ্কারগী ময়াইনা ইচিল ইনাও কয়াবু থুয়াগী উফুল ওইনা উরি, তৌইগুম্বসুং নুমিৎ অমা লাকখিগনি, নুমিৎ অতুদদি হুই; লমহূইনা ঐবু খোঙগাওনরবা ফাওবদা, ইশাবু ঙাকচবা ঙম্নরোইদবা। করিনো অহঙ্কার হায়ব-সিবো? কনাগীদমক তৌরিবা অহঙ্কারনো? মপাল নাইদ্রবা জগৎ অসিদা ঐবু কনানো? ফদিনা শারবা লাইফদিবী অসিদদি অহঙ্কারগী ফজবা ফংলোই। অদুনা হায়রিবসিনি, মফম অসিবু হেক নিঙশিঙলকপদা—মহৈগী, মপু ওইবগী ফজবগী, শক্তিগী, বুদ্ধিগী, লনগী, চাউথোকপগী,—চাউথোকপা পুন্নমক মরু ফংনা মাঙখি। নুমিৎ অদুমদি নাম্থোকপা য়াদ্রবা নুমিৎনি—চেন্দুনসু ছিংলয়োইদবনি। অসুম্নদি তারি, স্বর্গদদি অয়া-অনাগী চঙজফম লৈতে—ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি জীব পুন্নমক চপ মান্নৈ। স্বর্গ হায়বতু করম তৌবগে হায়বতুদি খঙজদে—কৈদোউৈদসু উখিদ্রি. উদবসু য়াই। তৌইগুম্বসুং মোংফমগী পান্না অসিদা য়াওরিবা পাউতাক পুন্নমক অসিদি শোয়দ্রবা ঙাক্তনি। মফম অসিদি স্বর্গদগীসু হেন্না য়াংলবনি। অশেংবা মফম্নি।

মফম অসিদদু লাক্লবদি মশাগী ওইজবা গিবগী পিক্লবা রাথল অদুমক্ লোইরে। য়েংবিয়ু! ইমাঙদা লোইবা শাইদ্রবা ঈচেম্মা অতৎপা নৈতনা চেম্থরি। মথাদনা পাক্লবী মালেম লৈমনা পাক্লা চাউনা লৈব্রি কোকথকনা শংবাম্নবা আতিয়ানা লোইবা নাইদনা শনথ্রি। পাক্লবা আতিয়াসিদা মশীং লাকঙমদ্রবা গ্রহশিংনা. থরাম্মিচাক- কম্নানা জগোই শাদুনা কোয়রি, ধুমকেতু কয়াম্নু হঙৎ-হন্দা চেক্লি। তৌইগুম্বম্নং থম্মোইম্নুংদদ লুয়বা অম্না-পোৎলুম্না ঈথেং কম্লবী ইথকুম, ময়াই কাবরবা শামুগুম হাইরি। য়েংউবা মাইকৈ খুদিংদা মপাল নাইদবা ভাক্তনি—এদি পিকথ্রবনি,—করিম্নু লৈতবনি। অসুক পিকখ্রবা "ঐ" অসিগীদমক্তা, মীওইবনা আশা কয়া তৌনরি, কয়া লুনা হোৎনরি, কয়া খৎনরি, পাপ কয়া তৌনরি।—কয়াদা ইকায়খ্রবনো। পিক্লবা থরাই অসিনা কেন্দ্র ওইদুনা লৈরক্লিবা পুন্সি-খোঙচৎ অসিগী হয়দি কদায়? অদুবু ঐদি পিকচরবম্নু মীওইবা জাতিদি পিকপা বুক্তে মী অগমম পুনশিল্লগা মীওইবা জাতি শারিবনি, অদুনা চাউরিবদি জাতি অসিতনি। ঈশিং মরিক মরিক্লা চাউরবা সমদ্র শারিবনি, প্নারবা মনিম্না লুম্নরা নোং ওনখ্রিবনি, লৈঙোয় মকুপ-মকুপ্না পাক্লবা মরুভূম্নি শাখ্রিবনি; পিক্লবা থরাম্মিচাকশিংসিনা অতিয়াবু লংহল্লিবনি; পিক্লবা থরাইশিং অসিনা মপাল নাইদ্রবা জগৎ শারিবনি; অমতনি চাউরিবদি—মীওইবা জাতিদনি চাউরিবা। অচৌবা থবকীদমক্তা থরাই কথোকপা ওন্নবু পুকচেল চাউথনি হায়না শীংথানৈ। তৌইগুম্বম্নং মী অমনা মাঙখিবগুম জাতি হায়বা অসিম্নু মাঙবা

নাইরকই। অসিগুম্বা প্রমাণস্থ রাৎপা নত্তে মদুদি, হৌজিক্কী মতম অসি ফাওবদা মমাঙঙৈগী জাতি কয়া পৃথিবীদগী মাঙখ্রগা অনোবা জাতি কয়া হৌগৎলক্লবনি। অদুবু মদুনা ঐঙোন্দা করি মাঙগনি? মীওইবনা পৃথিবী অসিদগী মাঙখিবা মুমিৎ অদুদা ঐস্থ উবা ফংলরোইদবনি, করিনা হায়ববু ঐস্থ মীওইবনি—মীওইবা জাতিগী মমুং চল্লিবনি।

মফম অসিদা পোৎ পূম্নমক্কী লোইফম্নি। অফবা, ফত্তবা, অশেংবা শেংদবা, পূম্নমক্কী তাইবং ঈপাক লাম্নবা অমতা ঙায়রবা লম্বীনি। মফম অসিদি মুংঙাইগ্রবা মফম্নি। মফম অসিদবু য়াতাজবা ঙম্নবদি, অরা-অনা, পূম্নমক কোকখি, মৈচাক পূম্নমক মৃৎখি, অরাবা পূম্নমক হকচাংবু থাদোক্লমদুনা থাপ্না চৎখি—পুক্লিংগী অমস্থং হকচাংগী অরাবা পূম্নমক কোকখি। অদুগা অমুকস্থ মফম অসি মুংঙাইবগী ওইবগুম অরাবগীস্থ মফমম্নি। মফম অসিদা চাক্লিবা মৈ অসিদি মপোক'সিমগী মুত্রবনি। মৈ অসিনা ফজবস্থ চাকথেকখ্রে, প্রেমস্থ চাকথেকখ্রে, অচম্বা পুকচেলস্থ চাকথোকখ্রে, করি অমুক হায়সিগে চাকফমথোক্তবা পোৎ ফাওবা চাকখ্রে—অদুগা চাকখিব্রা পোৎশিং অদুগা লোয়ননা অতোপ্পগী আশা, থৌনা, হৈনিংবা মুংঙাইবা, অরাং-বা থম্মোয়, মায়া পূম্নমকস্থ মাঙখ্রে। মরম অসিদগী মফম অসি মুংঙাইবা, অরাবা অনিমক্কী পূনফম্নি,—চৎগ্রবা মহাক অদুগীনা মুংঙাইবা, লৈহৌরিবা মহাক অদুগীনা অরাবনি। সংসারগী লিচৎস্থ মসিমক্লি—পূম্নমক অফবনি.পূম্নমক ফত্তবনি। নোরবী লৈরাংদা কল্লবা তিংখং পাম্লি, থুম্লবা খোইহীদা অথাবগী শরুকস্থ য়াওরি,

তাইবংপানববু ঙালহল্লিবা মুমিৎকী মঙাল অসিদা শিননবগী শরুক লৈ ; মুজাশিংগী মিৎচিদা শুমহৎপস্থ লৈ, মাঙনরবগী মশকস্থ ওই ; লম্না শক্তি হেনগৎহল্লি, থরাই মাঙননবগী মরমস্থ ওই। জগত্তা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসি দোষ লৈতবা নত্তে। পুম্নমক অফ-ফত্ত য়াম্নবা ঙাক্তনি। ঐখোয়না মিৎনা উরিবা জগৎ অসি য়েংবদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি, প্রকৃতিগী খুৎশেমদগী হৌরদুনা অফ-ফত্ত অনি অসি য়াম্নদুনা লাক্লবনি, মরমদি জগৎকী পোৎ পুম্নমক অসি শক্তি অনিদগী থোরকপা ঙাক্তনি— শক্তি অনি অদুগী মরক্তা অমনা অফবনি, অমনা ফত্তবনি, অমনা মুংশিবনি, অমনা তুক্কচবনি, অমনা মায় ওনশিন্নিংবনি, অমনা ওস্তোকনিংবনি; অমনা চিংশিন্নিংই, অতোপ্পদুনা লাপথোক্লিংই।

সংসার অসিমক চাউরবা মোংফম অমনি। অতৎপা লৈতনা চেন্থরিবা মতমগী ঈচেলদা পুম্নমক লুপথ্রবনি। হৌখিবা মিকুপ্তা উরম্বদু লাক্লিবা মিকুপ্তা উবা ফংথিদ্রে—থরাই পীরবদস্থ অমুক হন্না লাক্লরোই। হৌজিক্তা লৈরম্বদু মিকুপ অমগী মমুংদা লৈখিদ্রে — সংসার শিনবথুংনা থিদুনা য়েংলুরবস্থ কদায়দস্থ ফংলরোই। লমদম কৈদা চৎকনি, কদায়দা চৎলি হায়বদুদি, নঙনা থঙলিবা অদু ফাওবদি ঐস্থ খঙই, মসিদগী হেন্নদি কনাস্থ খঙলম্লোই। পুম্নমক চৎথি, করি'মতা লৈহোদে—লৈহৌরিবদি মিংচত্তনি। মিং-চত্তি লেঙদ্রবনি। কালিদাস চৎখ্রে, শকুন্তলা লৈহৌরি। সেক্সপী-য়ারদি মতমগী ঈচেন্দা লুপখ্রে, হ্যামলেটতি মাঙদ্রি ; ওয়াসিংটন চৎখ্রে, আমেরিকাগী নিঙতম্বগী ফিরান্দি ঙসি ফাওবা পাইরি ;

গান্ধীগী তাইবংপান থাদোক্লম্নে ; অহিংসা নীতিদি পৃথিবী শিনথুংনা পুংজাউ থিন্দুনা লাউরি। মীওইবগী অফ-ফত্তদি মশাগা লোয়ননা চংথি ; ফজবা অমসুং অথিবা মিংচত্তি জগত্তা শন্দোক্লা তাহৌই। ওয়াসিংটনগী মরৈবাক নুংশিজবা, গান্ধীজীগী-মজাতিবু নুংশিজবা মখোয়গা লোয়ননা চৎখ্রে, সেক্সপীয়ারগী অমুবা লমচৎসু মশাগা লোয়ননা চৎখ্রে, তৌইগুম্বসুং মখোয়না মীওইবগীদমক্তা তৌরম্বা কান্নবা থবকশিং অদুগী ফজংদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। অদুনা—

"অফ-ফত্ত অনিদি মশাগা লোয়ননা চৎথি'
লেঙদনা লৈহৌরিবা মিংচত্তনি।"

মসিদনি জগৎকী মরু ওইবা তত্ত্ব—ধর্ম্মগী লেঙদ্রবা য়ুমফম—পূণ্যগী সনাগুম্নবা মহয়। অদুবু এনা হায়খ্রিবসি করিনো ?

চাউরবা সংসার-মোংফম অসিদা, ঙংনা চাক্লিবা চিত্তাগী মৈরি'সিদা চাক্তবা পোৎপু করম্বা য়াওরিবগে ? থোদা কল্লবী প্রকৃতিনা কনাগী মায়থোংসু হম্না য়েংবিরমদে, মৈশা লাংনা লাংনা নোক্লা-নোক্লা চংখিবা ঙাক্তনি। থরান্মিচাক মপেনা মুৎলি-মুৎলি ঙাল্লিবসে, জগৎকী চাউরবা মৈচাক অসিগী মৈরিক মচা মচানি। সংসার অসিদা মৈশা লাংদববু কদায়দা লৈরিবগে ? লূরবা থাজগী মায়থোংদসু, মকা লামজরবী মালিকাদসু, কোকিলগী নৌরবা খোঞ্জেলদসু, কাইদ-হুম্বা মালঙবদসু, চেক্লাগী নুংশিরবা শৈহেক্তসু, নিঙোনগী নৌরবী মায়থোংদসু, পাখঙগী কল্লবা থম্মোয়দসু—মৈশা লাংদবা লৈত্রা ? করিগী চাক্লোই মীওইবদি ? মৈশা লাংগনি

খন্দুনা মুংশিরুদ্রবদি, মতুনা অমুক হেন্না চাকনি। পলেম পন্থৌ কয়াননা মপারী মমোম ফংজনিঙবনা লাই কয়াবু পূজা তৌরি, নিন্দা তৌরি, ফংলবদস্থু সংসার মৈশা লাংলি। মীওইবদরা? জীব পূন্নমক চাক্লিবনি। মহৌশাগী খুৎশেমগা লানথেংনবদা ঙমতুনা হিংহৌবদস্থু মৈচাক ফংলি, পুন্সি লৈপুন খনবদস্থু মৈচাক ফংলি, অচৌবতবু উরবা সমাজদা অপিকপনা হিংবদস্থু মৈচাক ফংলি, অমগা অমগা ওৎ-নৈনবদস্থু মৈচাক ফংলি। চাক্তববু কনা য়াওরি-বগে? সংসার অসিদবু লাক্লবদা অরা-মৈশা লাংদনা, হকচাং ময়েং তাদনা হনখিবা কনা য়াওবগে? অরাবগী মথক্তা অরাবা অমনা পাপকী সংসার অসিদা অশেংবা লৈত্রে তৌবিগল খঙদে মীগী অরাবদা রাবিনবা লৈতে। মশীং লাকঙমদ্রবা জীব মপৈনা ঙাংলবা মৈরি অসিদা মপৈ-মপৈ চাক্লি;—থৌদা কল্লবী প্রকৃতিনা নোক্লবিবতনি। থাজগী থেক্লা নোকপা মিনোক্তা করিগুম্বা মতমদা হূ চেনখ্রবরা, থরাম্মিচাকশিংনা হয়াউ মথোয় কাদুনা তনিক্লকপদা, করিগুম্বা মতমদা ময়েংতাবা উখ্রবরা? পোমশাৎনবী লৈরাশিংনা হাইন-হুম্না জগোই শারকপদা করম্বা মতমদা লৈশা তেকখ্রবগে? ঐখোয়না মৈচাক থাঙলি—য়েংউ হৈরাং-লৈরাংশিংনা খুবাক খুদুনা জগোই শারি—ত্তাও, মালঙবনা হু, হু. লাউনা নোক্লিবসে!

অরাবনি! অসুম্না কয়া কুইনা চাকখিগনি? কৈদৌঙৈনো মৈচাক অসি লোইখিগদবা? কৈদৌঙৈদস্থু মাবু অমুক হন্না ফংল-রোইদ্রা? ঙসি ওইরবস্থু, হয়েং ওইরবস্থু চহি কয়াগী তুংদা ওইরবস্থু, মপোক অমদা ওইরবস্থু, যুগ কয়াগী মতুংদা ওইরবস্থু—মাবু অমুক হন্না ফংলরোইদ্রা? ফংদ্রবদি, কাউবস্থু ঙম্লরোইদ্রা?

ঐগী পুক্লিংনা থাজবা অমতংদি লৈজরি মতুদি, লৈঙোইগী শয্যা থক'সিদা পুন্সি য়াতাজবা মুমিৎ অদুদা মহাকপু কাউজবা ঙমগনি মৈচাক অসিসু মুংখিগনি। অসিগুম্বা থাজবা অমা লৈবদগী করিগুম্বা মতমদা, হে মোংকম! নঙগী ঈংলবা তম্পাক অসিদা য়াম্রাঙনিঙই! অদুগা অমুকসু মাবু কাউরগনি খনবদা, মাগা লৈনরবা মরী পূম্নমক তৎত্রগনি খনবদা, য়াতাজবসু ঙম-ভদে! পুন্সিগী লল অদু মিৎয়েং-ম্রাংগা লানখ্রে হায়বদুদি মথঙই অদুবু থুপ্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দদি মহাক্না তত্তনা য়াকায়বিরি। মহাক্না লৈরিবা ফম অদুদি অশেংবা মফম্নি– মন্দির অদুবু খঙন-খঙনা করিগী থুগাইরুগনি। মন্দির অসিনা ঐগী ব্রাখল খন্নবগী মরম ওইরিবনি ব্রাখল খন্নবগী মরমবু লৈরবদি থাঙজসনু থম্মোয়সে। ব্রায় হায়দুনবু করি তৌরুগদগে? মহাক্নীদমক্তা অব্রাবা থাঙবা ঙমদ্রবদি তোল্লবা মীওইবগী মপোক্নি। মমল য়াওদ্রবা মুংশিবনি! তোল্লবা থব্রাইনি! ঐগী অব্রাবদা নোংদম্বা মানা থোজানবিরবদি তাইবং-ঈপাক লাল্লগা মাগা ঐগা অমুক পূম্না লৈমিন্নরুবসু য়াই। থাইনরবা থব্রাই অনিনা অমুক পূনশিল্লদুনা অনৌবা সংসার শেমগৎপসু ওইথোক্কবা নত্তে। মতম অদুদদি মাগীগা ঐগীগগী মরক্তা লৈরিবা য়ুথল অসি লৈররোই। মহাক্না ঐগী থম্মোয় লৈকোনগী শকহেনবী লৈরাং ওইরগনি, আশাগী উরীনা য়েৎচকম উপাল ফংলগনি, মহাক্না ঐগী ব্রাখল ঈপাকী হয়াউরবী ঈচেল ওইজরগনি। মতম অদুদদি-আশাগী থাজবা মায়াগী মোহ, মুংশিবগী কবিতা পূম্নমক অমুক হন্না লাক্লগনি।

মহাকসু লৈপাক ওনখ্রবনি. ঐসু লৈপাক ওল্লগনি; অনিমক অমতা ওইরগনি। অদু ওইরবদি মহাক্কী আত্মাগা ঐগী অত্মাগা মক্কম অমতদা থুংমিন্নরুরগনি, মতুদগী অনৌবা পুন্সি অমা ফ লগনি। ফংগদৌরিবা পুন্সি অদু মঙয় য়ান্দবদি য়াই তৌইগুম্বসুং মাগা তিন্নজরুরবতুদি কয়াদা নুংঙাইগ্রবনো? পুন্সিগী ঙাক্লৌ ওইরবা আশাগী উরী ওইরবী, ঈচেনগী তাকম ওইরবী, থরাইগী থরাই ওইরবী, মাগা উন্নজরুগনি খনবদা কয়াদা নুংঙাইজরিবনো! জীবনা অনৌবা শায়ন অমা ফংই হায়বদা চিংনরিবসিবু করম্না অপঙবনো? আত্মানা হকচাং অমদগী চোংথোক্লগা অমদা চঙই হায়বসিবু করম্না ওইথোকলোইদৌরিবনো? অদু ওইবদি আত্মা হায়বসি করিনো? হকচাংবু চৎহন্নবা খুৎলায়নি। মাঙলিবদি হকচাংদনি, আত্মাদি মাঙবা লৈতে। মীওইবনা শিরগা উপাগী ওইখিবা য়াই, নাপী ওইখিবা য়াই, শা ওইখিবা য়াই মীসু অমুক ওইরকপা য়াই। রামগী হকচাংদা সেক্সপীয়ারগী নত্রগা কালিদাস ব্যাস নত্রগা বাল্মীকিগী আত্মা লৈরম্বা য়াই। শ্যামগী মশাদা পরমহংসগী নত্রগা গান্ধীজীগী আত্মা লৈরম্বা য়াই। মাগীদমক্তা খঙ্গরিবা থরাই অসিদসু মহাক লৈরম্বা য়াই।

মীওইবদা য়াওরিবা জীবগী মরু হুন্নবা মচাক অসিতনা জীববু পোকহনবা ঙম্মিবনি। পোৎ খুদিংমক চহি তরেৎ খুদিংগী অনৌবা হকচাংগী মওং লৌই হায়রি। অমম্না নিয়মগী মতুং ইন্না ওল্লকপা অসিদা করিগুম্বা মতমদা মাগী মশাদসু তারুবা য়াই। জগত্তা করিসু অঙকপা লৈতে। জগৎ অসি অঙকপা ঙাক্কনি। মহাক

য়াওদ্রে থনবদা জগৎ সংসার অপূম্বসি অমম্বগী মশক ওইরি, অদুগুম্বা মহাক অদুস্তু অমুক হন্না লাকপা য়াই · যুগ কয়াগী মতুংদা ওইরবস্তু, কল্পনানা খমখ্রবা মতমদা ওইরবস্তু মক্তুবা থা অদু অহিংয়াদা ঙাল্লবা য়ারি। অমুক হন্না পোক্লকপা ছায়বসি ওইথোক্তবা নত্তে জগৎকী ফজবা পূম্নমক লেঙদনা লৈরি এৈনা উজদবদা মঙায়রবনি। ফজবা পূম্নমক অসিবু পূন্না উজগদবা নুমিৎ অদু নিঙশিঙনুংদা, থম্মোয়না জগোই শারকই, অনোবা প্রেমগী ঈথক্লা তত্তনা হৌরক্লি পুক্লিং'সিদা—নুমিৎ অদুদদি লৈকংলাগী শক্তম লেরবা সংসার অসিদা অমুক হন্না নৌরবী, শুমহৎলবী, নিংথিরবী লৈরাংদো শাৎলরগনি—মাগী মুংশিরবা মনমগী ঈচেন্না তত্তনা চেন্থিদুনা জগৎ অসিদগী জগৎ অমদা য়েল্লরগনি। অমুক হন্না পোক্লকপা ছায়বসি ওইথোক্তবা নত্তে। জীবগী হকচাংনা মওং ওন্থোকপা ছায়বসি ওইথোক্তবা নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মনা কৈদৌঙৈদস্তু অকাউবা লৈখিদ্রি. হিন্দু ধর্ম্মগী মতশিং অদু ইরায়-লায়না হুন্দোকপা য়াবা নত্তে। য়াখল য়াম্না থনবা মীনা, মতম পূম্নমক্তা হায়গনি, হিন্দুধর্ম্মনা ধর্ম্ম পূম্নমক্তগী অথোইবনি। করিগুম্বা ধর্ম্ম অমা লৌবদা মতিক চারবদি, মদু হিন্দুধর্ম্ম ওইগনি। মওং লৈতবা ইশ্বরনি ;—হকচাংগা মরী লৈনদবা য়াকায়গী জগত্তা, মাবু মশক উদ্রিব ফাওবা থাজরোই ছায়বসি—ফনদুগ নোক্লিংবা য়ানি। মহাক্লা নিঙবতা তৌবা গুম্বা জগৎকী মপুনি ছায়বসি চিনজনা ঙাংবা য়ানি ;—মরম অমগীদমক্তা থবক অমতনি ; মরম অদুগীদমক্তা শেম্লক্লিবা জগৎনি,

মরম অদুগী নত্তনা অতোপ্পা মওং অমদা শেম্বা ওইথোক্তবনি অদুবু ইবুংঙো মানা শেম্বিরিবা জগৎ অসি ঐঙোন্দদি অৱাবা ওইহনবিরে। জীব কয়া চৎখি, জীব কয়া লাকই,-ঐহাক্কী মহাক্না চৎখিবদা, খাইন মৈশা লাংহৌরে. আশাগী ময়োল ফুকপিথরে. মুংঙাইবগী ঈথক পুবিখরে—তৌইগুম্বসুং মহাকসু অমুক্ হন্না লাকপা য়ারি। শক্তি পূন্নমক্কী মশক ওইরবা থৌজাল হৈরবা ঈশ্বরনি হায়বসি অঙাওবগী ৱানি ; পূক্লিংদা অমুক্তা হংবিয়ু। পৃথিবী অসিদা জীব অমা লাক্কনি—মহাক শিখিবা য়াই, মহাক করিসু কান্নদবা জীব ওইবা য়াই—মহাক্না পৃথিবী অসি লূন্নবগী মশক ওইবা য়াই,—অদুবু মহাক্না সংসার অসিদা চঙলকপগীদমক, অতোপ্পা কান্নরবা জীব অমবু অশিবগী মৈচাক খাঙহল্লি। অসিগুম্বা অৱাবনা থৱাই হকচাং পূন্নমকপু পুনশিনবিবা অসিবু অফবনি হায়সিৱা ? করি অৱাববু কোক-পিরিবগে ? কনাগী করম্বা নিঙববু থুংহনবিরিবগে ? কনাগীসু মুংঙাইবা হেনগত্তে, কনাগীসু অৱাবা ময়েং তাদে—অদু ওইদুনসু যমগী মৈচাক অসিদি খাঙবা তারি! মমল য়াওদনা অৱাবা পীগে খল্লিবা মহাক অদু থম্মোয় য়াওদ্রবনি, মীমুংশি খঙদ্রবনি—অদুবু করি হায়গে তৌবদগী করি করি হায়খ্রবনো—মহাকসু অমুক লাকপা য়ারি। জগৎকী ফজবা হুবিদুনা, থম্মোয়গী কাচিন খুদিংদা মৈ হৌবিরমদুনা, মুংঙাইবা তেক্লোত্তা হু হৈজিন-বিরমদুনা মনুং মপান অনিমক নিঙবা কায়হনবিরম্লগা চৎখ্রবা মহাক অদু অমুক হন্না লাকপা য়ারি। অদুবু ঐবু ঙাওরবরা ?

মহাক্না কদায়দনো, ঐহাক্না কদায়দনো ? "সুংশিবহুনা" কদায়দা লৈখ্রে ? কজরবা সংসার অহুনা কদায়দা লোৎখ্রবগে ? লমদম কৈদা চৎখ্রবগে মতম পূন্নমক্তা সুংঙাইবা ঈথকী শান্নবুং ওইরম্বা ঐগী থম্মোয়দো ? অয়াবনি, কয়িগীনো ঐনা শিহৌজ্রিবসিবু। পায়ন-পায়না ইথুত্তুগী নাম্বোকখিবা মতম অহুদা, কয়িগীনো তান্ন-হৌজ্রিবা ? অশিবগী তমথিরবা মমিনা কজরবা মায়থোং'হুদা অ্যারকপ্পা মতমদা কয়িগীনো ঐনা হু চায়মজ্রিবা ? চিতা অসে, অহিংগী অমম্ববু চাকথোক্লুনা ভাগীরথীগী ভোর্ব্বানবু ঙালহল্লিবা, কয়িগীনো মাগী তম্পাক্তা ঐনা য়াতায়মজ্রিবা ? নিংথিরবী হকচাং'হুগী উং ওনখ্রবা শরু'হু কল্লবা থম্মোয়'সিনা ঈশিংদা হুন্থখিবদা কয়িগী ঐস্নু য়াওনা তাউথহৌজ্রি ? কয়িগী মহাক্না লোয়ননা থরাই থারমজ্রি ? মতম অহুদা কয়ি য়াখল খন্দুনা লৈহৌই ?

হে পুক্লিং ! খওনা-খওনা কায়িগী নওনা লম হোল্লি ? থরাই নওনা কয়িগীদমক চাক্লি ? মিৎ নওনা কয়িগীদমক কপ্পদা ভাওলি ? নিক্লবা খোল্লেম্না অঙাওবগী মতৌওম কয়িগী কৌক্লয়ি—"চায়থোইরবী নওবু কদায়দা লৈখ্রবগে ?" হে খোম্বাং নওনা ঐবু লক্লগে হায়বগী মতাওম অমুকস্নু খুম্লক্লিবরা—"চায়থোইরবী নওবু কদায়দা লৈখ্রবগে ?" হে, সুংশিহৈজ্রবা নোংদম্না কয়িগীনো নওনা "খোম্বাংবু শেম্বিরল্লিবা ?"

---

# বসন্তনা লাক্লবদা

য়েংউনে! নোংরবী বসন্তসে অমুক লাক্লেনে। হৈরাং-লৈরাং পুন্নুনা অনৌবা য়েন্নিংগা লোয়নননা, মালেম লৈমবু অশংবা ফিজোন হোংবিরগে হায়দুনা লাক্লেনে থোংলবী বসন্তসে! অদুবু বসন্ত মানা চঙগদবদুদি কদায়? মহাক লৈত্রে খঙলদুনা বসন্ত নঙস্থ লাক্লবনিদো। বসন্ত নঙনা লাকপদা মাবুদি করিগী হৌরিরক্কে? মহাক্লুংগা য়াওরম্লবদি নঙবু ঐনা কয়াগী মথিক নুংশিরমগদবা! মহাক অদুদি ঐগী নুংশিবগী হৌরকফম্নি, হৌজিকস্থ নুংশিরি, মতম পুম্নমক্কস্থ নুংশিঙথিগনি। অদুবু কদায়! মহাক্কি লাকপিদ্রে।

য়েংবিয়ু! লৈপাল লৈপাল খুদিংদা অনৌবা য়েন্নিঙ হুন্নক্লে, উশা উশা খুদিংদা মপান্না মুনা য়েংলক্লে, থোইমু মপৈ-মপৈনা নংহৌররোই মতাগুম লমজেল য়াঙনা চেল্লক্লে, লৈরাংগী লৈকাদা তোংলরে। নুংশিরবা মনম্না ঈচেল কাংনা চেল্লক্লে, নৌন শংবাম্নবনা মালেম লৈমবু নিংথিহল্লে. য়েংবদা কয়া ফজরে। শংবাম্নবগী মরক্তা শংবাম্নবীদুদি লাকপিদ্রে, আশাগী ময়োলদুদি উথিদ্রে, থৌনাগী পাঙ্গলদুদি মাঙথে, নুংঙাইবগী হায়াওবদুদি লৈথিদ্রে। য়েংথিনবা লৈত্রবদা লৈরাং নঙস্থ অরেম্বনি, তাবিনবা য়াওদ্রবদা কোকিল নঙগী খোম্বাংস্থ অর্থ থোক্ত্রবা খোঞ্জেল্নি, নথিনবা য়াংলবদা হৈরাং নঙগী মনমক্কস্থ নুংশিবা য়াওদ্রবনি। হে ঋতুরাজ, মৈচাক হাপ্লিগে হায়দুনা অমুক লাকপিরেদো!

অশিববু খোঙপাক্লা কাওববু থোনা কবা কৌত্রা? অকুৎপা মকম্বদা নৈথবদা চঙলোইদবা করি লৈবগে? মুংঙাইবা পীর্বা ওম্বা মহাক অদুতবু থাগৎনবনি। থুগাইবদি মী পুম্নমক ওম্নরিবনি, শাগৎপা ওম্বা মহাক অদুতবু অচৌবা শীংদা চন্নবনি। য়েন্নিঙ হুন্দ্রবা লৈকোন্দা বসন্ত নঙন্না লাকপদা, নঙগী ইহুন ফংবদা লৈরাংবা পুময়োম য়োম্লিবনি। ঋতুরাজ! নিয়তিগী ঈচেন্দা তাউথরক্লুনা, ঙসিদি নঙসু লৈক্লেক্লে. অসিদা থুংলরবনি অদুবু কংলবা উপাল অসিদি অনৌবা য়েন্নিঙ হুনখিত্রে, খোইমু পাইরকখিদরে। উরীনা উপান্দা হাইনা হুম্না য়েক্তরে, কোরৌহনবগী মঙান্দা ফজবগী ইপোম কাদরে. মালঙ ঈহুল ফংবদা থেক্লা নৌনা জংগোই শাখিদরে উনা-না। হম্না ফংজরগা মুংঙাইজগদবা মহাক অদুদি কদায়দা লৈখ্রবগে? প্রকৃতিনা পোৎ কয়াবু অমুক্কা হম্না পুরকপা ওম্মী-উপান্দা অনৌবা য়েন্নিঙ পুরক্কই. মীওইবগী পুক্লিংবুসু নৌহল্লি, হোখ্রবা বসন্তসু অমুক হম্না পুরক্কই, তৌইগুম্বসুং ঐগী হোৎ্রবা মুংঙাইবদি চিংথবিরম্নে মহাক্লা। মীওইবগী থম্মোয়না বসন্তবু ওইজরিবনি, মাগী শাউম ফংবদা পুক্লিং ইরাও হৌনরিবনি, মুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউনরিবনি। ঐসু মুংঙাইজগে নিঙজদুনা বসন্ত মাবু ঙাইজরিবনি; লাকপিরে নহাক্সু থৌজানবিদুনা অদুবু বসন্ত মাবু উক্লরগা অরা-মৈচাক্লুনা হেন্নগৎনবা ওইখরে, থম্মোয়দা তাশোন ওইররে। মিৎনা উরিরা জগত্তা লৈরিবা পোৎ কয়ামরুমসু মাঙখি. অমুক হম্নসু মরাকই তৌইগুম্বসুং থম্মোয়-জগত্তগী চৎখিবা পোত্তি অমুক হম্নসু লাকপিত্রে,

করিগুম্বা পোৎ অমনা মহুৎ শিনবসু য়াদ্রে মহাক্তি চৎখ্রবর্বি—ভাউখব্রবনি,—মুৎখ্রবনি—পূল্লি'সিমগী ওইনা। করিগুম্বা মতমদসু অমুক হল্লক্রোই। মহাকপু য়াওব্রবদা সংসার অসি মৈচাক্কী কারাগার ওইহৌরে। মহাক্কা পূল্লি-বসন্তগী অহানবা শাৎপী লৈরাংনি। নোংদমথিবা বিধাতানা অয়োইবা লৈরাংনি উৎপিরম্রে। প্রেমগী লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাংদি অমুক্তনি। ঐগী মুংঙাইরবা বসন্তদা খঙহৌদনা নিংথম থা চঙবিরক্রে, লৈরাং মায়খোং মক-শিনখরে। মুংশিরবা কোকিলগী খোঞ্জেলদো য়োঙমদবা খোম্থাংনা খোংবা হৌগৎলকপদা ঙায়রিঙৈদা, কোকিল খোঞ্জেল লেপহনখ্র। মুংঙাইরবা আশাগী পাম্বীদো মরা ফুকপিখরে। তপ্না শিৎপা মলয়ানা হিক্লা হিক্লা তেংথারি—অরাবনি, অরাবনি। তপ্না হুম্বা মলয়ানা অরাবগী ঈথক কয়া, নিঙবা কায়বগী ঈপোম কয়া পুবিরক্তুনা চাক্লিবা মৈরিদা হুজিনবিরয়ে ঐহাকপু। য়েংলুরা মাইকৈ খুদিংদা মৈরিঙাক্তা ঙাইখরে—হকচাংগী তুখোং খুদিংদা ইন্দ্রিয় খুদিংদা, চেম্থরকপা হুম্মাং অরা-মৈচাক্তা মঙাইখরে। পাপ চেন্নবা থব্রায়'সিদা চাক্লিবা মৈসিদি হুগী মৈ, প্রলয়গী মৈ, নরকী মৈরিদগী থোরকপা মৈ, মখল শুরনি।

থব্রায়গী থব্রায় ওইরবী। মহাক্তি নিঙশিঙবা লৈতনা চৎখরেদো, ঐবুদি অরাবা ঈপাক্তা হুম্থবিরম্রে! নঙবু নিঙ-শিঙলুরবদি থাবলসু থোকখিদরে, প্রকৃতিগী ইশৈসু তাখিদরে, পারিজাৎকী মুংশিরবা মনমসু কাখিদরে, থম্মোয়দা অমৃতসু থিক্লদ্রে, রাদববু করি লৈরিবগে? হে রায়বা থব্রায়। নঙনা

হকচাংবু থাদোক্লমদ্রিবসিবু করিগীনো? লৈপাক্লা শাবা দেহ অসিবু কাম্নরিবা, শরুগী যূম্বী'সিদবু, মুমিদাংরাইগী নামিবনা হুম্বদা অমুক তেকথৎলকখিগদ্রা? মুংশিং ওইদুনা মুংঙাইবা মক্কম খুদিংদা কোয়না চেঞ্জবা ঙম্নবদি অরা ময়েং খজিক্তুং তাখিগদ্রা? নত্রগা মীওইবগী দেহ থাদোক্তুনা তাম্না কোবী চেক্লাগুম মালঙদা কোয়না পাইজত্নুনা থাইন-ঈশৈ শকপনা অরা পোথাফম ওইগদ্রা? ঐগী লায়নাবু খঙবিনবা কনা লৈরিবগে? ঐগী থম্মোয়'মুংদা করি থোক্লিবগে হায়বদুদি থম্মোয়তনা সাক্ষীনি।

করি পাপকী মহয়না রাবণগী চিতাবু কোকথোং পুরিবনো ঐহাক্লা? করম্বা পাপনা জীবগী পুন্সিতবু অরাবগী পুন্সি ওইরিবনো? মুংশিবা হায়বসিবু পাপ্লনে? প্রণয় হায়বসিবু দোষরনে? মদুদি ওইফম পোক্তেনা। প্রণয়বু দোষনি হায়না খল্লিবা মহাক অদু অপঙবনি য়াম্না পঙথ্বনি। মীওইবগী পুন্সিদা করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমা লৈবা তারবদি প্রণয়না খ্বাইদগী হেন্না ৱাংলবা উদ্দেশ্যনি। মুংঙাইবগী পনথুং ওইরবসু, অরাবগী পনথুংবু ওইরবসু, মুংশি-পনথুং য়েৌবা হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিদা অথোইবা থবক্নি। মুংশিবগী মরু ওইবা থবকসু মতুংগী জাতি শেমগৎপনি। মসিদি মী অমগী ওইবা মুংঙাইবা নত্রগা অরাবা নত্তে অমরোমদা মীওইবা জাতিগী ওইনা অফ-ফত্ত পুন্নমক মুংশিবগী মথা পোল্লিবনি।

মরম অসিদগী মুংশিবা হায়বসি মঙ্গলগী শকফম্নি—ইকায়-খুম্নফম্নি—পূজা তৌনফম্নি - ধর্মগী মশক্নি—লাইগী মওংনি—ঈশ্বর-

শুম্বনি। মশাগী ওইজবা থাদোকপনা লাইগী মওংনি হায়না থম্নরবদি, চিংনবা লৈতনা হায়জরি, মুংশিবা নত্তনা করিগুম্বা মফম-দস্থু লাইগী ভাব উবা ফংদে; মুংশিবা নত্তনা অতোপ্পা গুণ লৈতে। মসিদস্থু নত্তনা মীওইবগী চাউরবা মিংচৎশিং অসিস্থু মুংশিবদগী থোরকপনি! ইশৈবিদ্যাগী মরূদস্থু মুংশিবা লৈ; লোলগী মরূদস্থু মুংশিবনি। অদুবু ঐনা হায়গদৌরিবা রা অদুদি কাউথোকলুরে—করিগীনো অমুক রারিবসিবো? সংসার অসিবু চাংয়েং-মফম্নি হায়রিবা, মখোয়শিং অদু য়াম্না লাল্লবনি। কনাবু-নোনে চাং য়েংলিবদুবো? ঈশ্বরনা য়ৈরকপা পূ লোনগী মতুং ইন্না ঐখোয়স্থু জগোই শারিবনি—কনাবু চাং য়েংগদৌরিবনো? শেল্লক্লিবা পোৎ অদুগী গুণগী চাং য়েংবদি শেল্লক্লিবা মপূ অদুগী শক্তি চাং য়েংজবনি। ঐগী ঘড়ি অসিনা করিগুম্বা মরম থরদগী লেপখ্রবদা য়ড়িগী করি মরাল লৈবগে? অসি ফাওবদি হায়বা য়াই মুংশি থঙদবা হায়বদুদি অকবা নত্তে। ঐখোয়গী পাপকীদমক ঈশ্বরনা ঐখোয়বু দায়ী পুহনবা য়াদে। ঐঙোন্দা লৈরিবা অসিদ নত্তনা সংসারদা লৈরিবা পূম্নমক অসিস্থু ইবুঙো মাগী খুৎশেম ঙাক্কনি—ঐগী থম্মোয় অসিস্থু ইবুংঙো মানা পীবিবনি, সংসার অসিস্থু মহাক্না শেম্বিবনি; থম্মোয়গা, সংসারগা লৈনরিবা মরী অসিস্থু মহাক্না হৌদোকপিবনি অদু ওইরবদি ঐখোয়গী পাপ লৈকম থোকপ্রা? করিগুম্বা পাপ লৈরবদি কনাগী দায়ী ওইগনি? মহাক্না, ঐখোয়রা? মীওইবদা শাগী লমচৎ য়াম্না লৈ হায়বসিদি ইপ্পানা য়ানা য়াজরি; অদুবু ঐখোয়বু শা নত্রগা শাগী লমচৎকা

অসুক য়াম্না মরী থোক্লহনবিরিবদি করিগীনো ? ফরে, শিজরসনু থরাইসে। অরাবগী মায়থোংবু য়েংবা হৈবা কনা লৈরিবগে ? অসুম্নমক্তসু থম্মোয়গী অরাবনা থরাইবু চাকথেক্লবা মতম'সিদা—করিগীনোনে, মীগী পুক্নিং থওদবী, হরাউবতা ফোংদোকচনিঙবী কোকিল নঙনা—কুহু—হায়না খোংলক্লিবসিবো ?

"নঙগী খোঞ্জেল্লা খোরাংহল্লে ঐবু থোইনা হেম্না !"

তাওনে, খোংলিবসে ! মাগী শৈহেক তারগ ঐগী থম্মোয়দসু কোকিল খোংলকপগুম তৌরি ! তৌইগুম্বসুং অমুক্তনি—অমুক্তং খোংলম্লগা লেপখ্রবনি ! থম্মোয় অক্লাদগী পাইখ্রগা উশা'থক্তা তোংদুনা য়াক্লবা মঙাশুবা খোম্থাওনা আকাশকী লম্বী পূম্বা নিলহন-খ্রবনি—কুহু হায়বা খোঞ্জেল্লা। তপ্না শিৎলিবা মুংশিৎ'সিনা—অঙাং ওইরিবৈগী হৌখিবা পুন্সিবু নিঙশিঙবগী মতৌগুম, কায়রবী থম্মোয়গী মতৌগুম, কালিদাসকী প্রকৃতি য়েকপগী মতৌগুম—কুহু—খোঞ্জেল পুরক্নুনা নাকোং থম্না তাহনবিরে। পুক্নিংগী খোম্থাঙদা য়ৈরি-উ হুঃ। তাত্রিবরা খোম্থাঙসে,—তামথ্রবা লম-দমদা খোম্থাঙ অসিগী খোম্থাঙসু অমুক হম্না য়ৈরুরি ? তাম্রনা লৈখ্রবা থম্মোয়দসু খোম্থাঙ অসিগী খোম্থাঙসু য়ৈরুরি—উ-হুঃ। মুংশি হৈত্রিবদি তপ্না হুম্লিবী মলয় 'সিনিনে। মলয়া মাগী শউম্না নিঙশিঙবগী অমম্বা মরক অসিদা মঙাম্না ইরঙ-লংহল্লি—হৌখ্রবা মুংঙাইবগী মঙ অদুবু অমমমতা ওইনা নিঙশিঙহল্লক্লি। অঙকপা ঈচেল অমনা থম্মোয়'মুংদা ত্রোং-ত্রোং লাউনা চেন্থরক্লে ! ঈচেল অসিদা চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবী লুরবী মায়থোংদো, মঙাল-মরিকা

লোয়ননা তাউথরক্লে, য়েংনা-য়েংনা লুপথখ্রে; ঈথক্লা জগোয় শাহৌবদা মঙায়হৌরে।

য়েংউনে, বসন্তগী থাজসে-কয়াদা নিংথিজখ্রবনো! মাগী মুংলি তৌবা মঙাম্ন' ঐঙোন্দদি কয়াদা ঈংলিবনো! মেরা থাগী থাবলবু ফজ্জে হায়নরি মীওইবনা, অদুবু মাগী মিনোকসে ঐঙোন্দদি তাশোন্নি, থম্মোয়-কায়নবগী মশক্কি মুংলি তৌরিবা থাবম্না ঐগী হকচাংদা য়ৈরবদা, থরাংগী লল মহাক্লা, ঐগী নিঙ-শিঙবগী থোঙজিন্দা লেপ্লরি। পামজরবা মিনোক্তো মিনোক্কুনা পুক্লিংগী অমম্ববু কোকহল্লিবা, সংসারগী মায়গোংবু ফজহল্লিবা, মুপী ওইবীশিংগী মফমদা ভক্তি পোকহল্লিবা,—মীওইববু মুংশি-হল্লিবা—মিনোক অদু উরগা অশেংবা পুকচেল পোক্লকইবা, শেংদবা কয়া লাপথোকখ্রিবা, শেংদবা রাখল মাঙহল্লিবা, পুক্লিংগী চিংনবা পুম্নমক কোকহল্লিবা—মুংশিরবা মিনোক অদুদি উজবা ফজদ্রে, তৌইগুম্বসুং থাবল মাবু উরগা অমুক হন্ন উজবা ফংজরি, মদুতদা পেঙ্গুরি। মুংশিজরিবা পোংশক অদুদি মম্নিদ উজবদসু মুংঙাইবা ঙম্লিবনি! থানা ইকায়নফম ওই মায়থোং অদুদি থাঙ্গেশেংনা নিঙশিঙবদি ঙমজদ্রে, পম্মোয় লাইয়ুম'থকসিদা ময়েক শেংনা য়েকহৌবসু ঙমজহৌদ্রে, অদুনা হায়জরিবসিনি-মহাক্কী মমিতা থঙ্গুরুবদা রাখলগী ঈথক হৌরকই, ইথক অদুদা তাউজরি ঐহাক্লা। মতাং অসিদ তাইবংশেম্বা মপূগী হৈ-শিংবা থরদংসু উব ফংই - মান মুংশিজরিবা মী অদুগী চপ চাবা মায়থোংদুদি নিঙশিঙজবদা রানা থোকই! নিঙশিঙবদা হৌরকপদা চেম্বরকপা

পিনা মিৎ অনি থ্‌মহৎথিহুনা লম্বী উবা ফংলক্তে। মসিদা কারিগরগী কয়া য়াম্না হৈশিংবগে হায়বহুদি মহাক্তনা খঙজগনি, অদুবু মসিগী মরমস্থ থিবদা থোইনা ৱাবা নত্তে। মরমদি হকচাং পুম্নমক অসি কৈদৌঙৈদস্থ অমুক্তদা উবা ফংদে। মিৎ অসিনা অনিদনিনা; তারুবা শরুক অদুদা শুমহৎওনা লৈরে—শরুক অদুগী খন্দোকক্ষম লৈত্রবা ফজবগী ঈথক অদুদা তাউখ্রে। হকচাংগী শরুক অনিবু অমুক্তদা পুম্না উবদি কৈদৌঙৈদস্থ থোকথিত্রি। মরম অসিদগী অস্থুন্না তৌরিবনি—তঙাংলবী চায়রুং অনিদুদি উবা ফংলি, মিৎ অনি অদুদি নিঙশিঙবা থোক্লি, শাংতক তৌবা লাইবক অদুস্থ উরি, তুমতক তৌবা নাতোন অদুস্থ নিঙশিঙবা ঙম্লি, তায়ানমানবী চিনবানগী মোমোন নোক্পা মিনোক তত্তনা উরি; তৌইগুম্বস্থং মায়থোং অদুবু পুম্না নিঙশিঙবদি ঙমজদ্রে। হকচাংগী শরুক পুম্নমক অমমম ওইনদি নিঙশিঙলি, শকফম অদু অমুক্তদা পুম্না নিঙশিঙবদি ঙমজদরে। অদুগা মায়থোং অদুদি পৃথিবীদা অমুক হম্ন উররোইদবা মায়থোংনি।

মঙদা নোংমতং উজগনি হায়বগী মুঙাইবদুস্থ ঐগী লাই-বক্তদি তমথিদ্রে। মাগী ৱাথল থনবদা অহিং মিশেন থাঙবনা পুম্সি থোদা ওইথরে। মুমিৎ খুদিংগী নিঙজবদি তোকচদে তুমদ্রিঙৈদবু ওইরবস্থ, তুম্নগবু ওইরবস্থ মাবু অমুক্তং উজবা ফংলবদি। তৌইগুম্বস্থং জগৎকী নিয়ম অসি কয়াদা মুংশি-হৈখিদ্রবনো, মপোক'সিদদি মহাকপু অমুক্তস্থ উবা ফংজখিদরে। করিগীনো উবা ফংদ্রিবসিবো? মহাকপু চাময়ক হম্না থল্লি,

খল্লিবা খুদিংগী সুংশিন্নি, মহাকপু উনিঙই, উবা ফংদ্রিবসিবু করিগীনো ? মীনা হায়নবদি পুক্লিংদা য়াম্না খল্লিবা পোত্তু মঙদা উই হায়নৈ। হায়রিবা অদু ঐঙোন্দদি অরানবা ওইরে। মঙসু ওইসনু, করিগুম্বা খরসু ওইসনু, পূম্নমক নিয়মগী মখাপোনবা ঙাক্তনি। মঙবু ওইরবসু, মিৎ পাঙলিঙৈদবু ওইরবসু, পুক্লিংনা শাগৎলিবা নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না য়াথলসু থোরকপনি। মরী লৈনবা য়াথল অনিদি, অমনা হেক লাকপদা অমসু লাকই। অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নরম্বা উখোঙ অদু উরগা নত্রগা নিঙ-শিঙলুরগা, মতুগা মরী লৈনবা পোৎ পূম্নমক নিঙশিঙলকই। অঙাং ওইরিঙৈগী মতম, মতম অদুগী সুংঙাইবা, চন্নবা থম্মোয়, মরূপ-মপাঙশিং, মরম লৈতনা খৎনবা, মরম লৈতনা কপ্পা, মরম য়াওদনা নোকপা ফজরবা পুক্লিং—পূম্নমক অদু অমুক হন্না নিঙ-শিঙলকই ; করিনা হায়ববু মখোয়দি অমগা অমগা মরী লৈনরিবা ঙাক্তনি। উপাম্বী অমসুং অঙাং ওইরিঙৈগী অন্না-সুংঙাই, মখোয় অনি অসিগী মসুংদগী অমতং হেক খনবদা অমসু হেক্তা মরাকই; হায়বদি অমগা লোয়ননা অমসু লাকই। মহাক্তি করিগুম্বা অমতগসু শম্নরা খনবা ঙমদ্রে মরমদি মহাক্তি সংসার অসিগী মরী পূম্নমক থদৎলম্নবদি মহাকপু খল্লকপা মতমদা মহাক্তবু খন্দুনা লৈরি। য়াথল অসিমতনা থনখিদুনা ঐগী পুক্লিংদা অতৈ য়াথল অমগী মফম লৈতে। অদুবু করি হায়গে নিঙবদগী করি হায়-খ্‌রবনো—

তশেংনমক উজরে সংসারদা মুংঙাইকম লৈতে। অরাবগী অরাবা অসিবু ঐতনা ইহাল হান্না নংলরবা ? মতুদি নত্তে, মতমগী খোঙচং মতুং ইন্না ঐগীসু পালি খোক্লকপনি। অরাবা হায়বদ্রি- মী পূম্নমকী মরায়বক্তা তম্লক্লবা ঙাক্তনি—চাং হেনবা. রাংপগী রাকমতনি—অরাবা য়াওজগে হায়দুনা পৃথিবী'সিদা লাকচরিবনি অরাবা হায়বসে পূম্নমক নংগদবনি ; তৌইগুম্বসুং করি লৈরম্বদগী করি ওইখ্রবগে, মসি খল্লুবতদনি থম্মোয় কায়রিবা। "শিবা" হায়বদুবু করি লমদা লৈবনো কোয়না চত্তুনা থিজনিঙই, অদুবু খঙবদা মঙাইরে। অরাবগী রাহৈবু করম্না ফোংদোকসিগে, লমদম কৈদগী লাকপনো, কনানা হিনাও শারকপনো, য়ুম অসিদা থুংলরে। ভাগীরথী— ঈয়ায়দা, তপ্পা কারকপা ঈপোমদা, অমম্বগা তাইনবা থাবলগী মঙাল মরক্তা, থরাম্মিচাক পরেংনা চগুঙননা তারবা, অশংবা অভিয়া মখাদা রাখলগী ঈরৈদা তাউথরুরে— মুংঙাইবগী মুংঙাইবা. অরাবগী অরাবা, নিঙবা কায়বগী নিঙঙম- দবা. থম্মোয়গী দশা. অঙাং ওইরিঙৈগী চন্নবা পুক্লিং; ইনখৎ- লকপগী ঙাওরকপা, আশাগী লোনম, বিধাতাগী চানবিদবা, অরেম্বদা কয়া য়াম্না খল্লুরে। মুমিৎ অদো, করি তিথিনো খঙদেনে, থাজ মাসু ঐবু য়েংগে লাক্লিমাম্নে। থাবল মহাকসু অমম্বগা চিংন-চিংননা গঙ্গাগী ইয়োম্মুংদা লুপথখরে। পিশূম গুক্লা অমুক্তং হন্না য়েংলম্নগা ভাগীরথীসু মাগী ঈচেলদা অমুক হক্লিনখ্রে। মতম অসিদা, অথাম্নদগী—য়াম্না তামথ্রবদগী পুক্লিং হুরবা খোঞ্জেল্লা টোড়ি-রাগিণীদা শক্লক্লিবসিবু কনানো; "হে মরুপ। করিনো চৎখিক্লিবা থরাইদুনা মাবু কায়নরবদা।"

তপ্লা, ছম্বা মালঙবনা মিন্নবা খোঙ্গেল অসিবু পুরক্কুনা নাকোং থন্না হৈজিনবিন্নরে। থম্মোয় তঙ,-তঙ চোংলক্লে। কনাগুম্বা অমনা কাওবিরমদুনা চৎখিগুম তৌরক্লে। পুক্লিংদগী থোরকপা খোঙ্গেল অমনা থরাইগী নাকোংদা হায়বগুম তৌরে "জাহ্নবীগী গর্ভদি শান্তিগী তুংনফম্নি।" থন্দি থম্নুরে, ঙম্মহৌদ্রিবনা করিগীনো? ঈশৈ অসি ভানা ভানা জাহ্নবীগী গর্ভদা চোংথদুনা মাবু থিদ্রিবা করিগীনো? আশানা মরূ ফুকথ্রবদা অরেম্বা পুন্সি অসিগী অন্না পোৎলুম পুবনা করি কান্নরি? মদুদি থঙইনে, অদুবু ঙমদ্রিনে। মদুগী মতুংদস্ত কয়া য়াম্না হোংনরক্রে, এবু ফারিবসি কনানো? রাখল অসি হেক থনবমক্তদা মুংশিরবী ইমাবু নিঙশিঙলকই। মসিনিনে লোইবা নাইদ্রিবসে, ইশাগী রাখন্তা থঙ্গদুনা পাপকী কোকথোং পুজরিবসে; অসিগী মথক্তা ইমাগী মিত্তগী পি মরিক অমতং তাথ্রবদি নরক্তস্ত চঙজফম ফংলরোইদবনি। মসিদগীরা? শিবা ঙমদ্রবসিবু নরক কিবতনরা? মদু নত্তে। মহাক্কী থম্মোয়দা অয়ুক-মুংথিল অনিদা নরকী মৈতনা চাক্লবা মহাক অদুনা নরকপু অমুক কিরুখিগদরা? মদু নত্তে। ঙসিস্ত জগৎ সংসারগী মুংঙাইবা অমা লৈরি—মুমদা হঞ্জিনখিবদা ইমা কৌজবা ফংলি লীপূন অসিমা লৈরি। অমুক্তং ইমা কৌবা ফংজরি হায়দুনা মতম অস্তক কুইরবসি রাখনগী চিন্তাবু কোঙ্গদুনা সৈরক্লিবনি নাঃরবদস্ত, রারবদস্ত থুদোংথিবা তারবদস্ত ইমাবু অমুক্তং কৌজরবদি মৈচাক পুন্নমক মাঙখিবগুম তৌই। অঙাংগী পুন্সিদু অমুক হন্না ফং-বগুম নিঙই। রাখল মাওদ্রবা পুক্লিং, মতম পুন্নমক্তা মুংঙাইদুনত্তা

লৈজরবা করিস্থু খঙঙ্গদ্রবা অঙাং ওইরবোই থল্লি। ইমাগী মরেঙজুম কোন্দুনা অচাপোৎ পীয়ু হায়না :তক্লবয়ো নিঙশিঙই। সংসার অসে অমুক হন্না ফংজবগুম থল্লি, প্রকৃতিগী হরাও মিনোক অমুক হন্না উজবগুম নিঙই; মতম কুইনা মাঙলুরবা আশাদো অমুক হন্না ময়োল চোংবগুম ভোরকই। মহাকী মচিন্দা ইমা কোজবা ফংত্রবা মহাকী পুন্সি অদু অরেম্বনি। মুংশিবগী চাং, পুক্লিংগী অথোৎপা, সুপী ওইবীশিংগী অশেংবা, করিস্থু খঙত্রবনি মহাক অদো। মরুপ-মপাঙশিংনস্থু মুংশি, মচা মশূনস্থু মুংশি, পুন্সিগী লোয়নবীনস্থু মুংশি; তৌইগুম্বস্থুং মমাগী অমকপা লৈত্রবা মুংশিবদুদি মম্না নত্তনা কনাদা লৈবগে? অস্থুক মুংশিবিরসিবু কনা লৈরমথিগদগে? অদুবু কয়াদা কাউবা নাইথ্রবা পুক্লিংনো অমা হায়গে ভৌরগা অমা হায়দোকখ্রে।

মতম পূম্নমক্তা নিঙজরিবদি—মহাক্না হরাওনা মুংঙাইনা লৈবা, ঐনা মাগী মনাক্তা লৈজবা অসিনি। মাগী মুংঙাইরা অদুতা য়েংজনবা ঐনা মাগী মনাক্তা লৈজনিঙবনি। মহাক্কী মুংঙাইবদা ঐস্থু খাওজরি হায়বসিতা নাপ-চিক্না হায়জনবা মাগী মনাক্তা লৈজগে। তশেংবমক্তি মহাক্তি শোয়দনা মুংঙাইরমগনি মরমদি—মহাক্না লৈরিবা মফম অদুদি করিগুম্বা মতমদস্থু অরাবগী পাউ য়োরকপা ঙম্বা মফম নত্তে; অদুমক্পু য়োরমগত্রা হায়বদুদি ঐখোয়স্থু হায়বা ঙমদে—মরমদি, খঙনদ্রিবা, পুখোক্তিত্রবা লৈবাক অদুদা চৎপ্রবা মী অদুদি অমুক হল্লকপা লৈত্রে। অদুবু অরাবদি, ঐনা মাগী মনাক্তা লৈজবা ঙমদ্রিবা অসিনি। অদুদগী অমুক হেন্না রাবনা মাগী থাইন মৈশা লাংতুনা হিংলিবা অসিনি।

অরাবনি ! করিগীনো মীওইবগী মপোক্তা পোক্লম্লিবসিবো ? চাউরবা পুথ্রি অসিগী তোর্ব্বান্দা পামেল ওইনা হৌরম্লবদি মুংঙাইবা মাখন্দা লুপ্তুনা মনাগ-মনাগা থেংনরমগদবনি, উশাগা-উশাগা শম্ন-রমগদবনি। লেঙজুম অনি ঙাথন-হুনা হায়ন-হুম্না নোকমিন্নরম-গদবনি। নূরবা লাইজসিগী মিংশেন্দা অনিমকী মায়থোং উনজরম-গদবনি। নাপচিক্লা, থম্মোয়গা থম্মোয়গা থেংননা অরা-মুংঙাই কোংদোকমিন্নবা ঙম্লমগদবনি। নৌনা পোমশাৎনরবী নৈরাংবু খুজোক থম্না হেকচরগা, অমুকী মতমদনা মুমিৎকী মশেক্লা সনাগী লংজাবু ওইদুনা, মুমিদাংগী মতমদনা ঙোরবা থাবম্না লুপাগী মরীবু ওইদুনা, নৈরাং পরেং লেংজরগা, শানৌ মাগী কাং-ঙনা তমজনকম ওইরবী ঙমশমদা হুকচবা ঙম্লমগদবনি। ঐনা মাবু মকে শেমজদুনা, মানা ঐবু নৈতেংবিদুনা, প্রেমগী ইপাক্তা ইরোইমিন্নরমগদবনি। পূর্ণিমাগী অহিংদা, মরিক চুম্নবা থাবলবু খুজোক থম্না শোক্তুনা, নোক্লা-নোক্লা পীজরমগনি. নোক্লা নোক্লা লৌরমগনি মহাক্লম্ভু। থা থোক্তবা অহিংদা, লিক্লা ফংলবা থরাম্মিচাক মঙান্দা, মহাকী মায়-থোং থম্বালবু পেন্না য়েংজবা ফংলমগনি। অমুক হন্নাওরিঙৈদা, অমুক মুংঙাইরিঙৈদা পাপকী মুংশিৎ শিৎলক্লবদি—ঐনা লাউ-জরি, করিগীনো, সংসার অসিদা কনাগুম্বা অমতগী মুংঙাইবা য়েংনিঙত্রিবসিবো। মাগী মুংঙাইবদা কন্নকচাউবসিবু নিয়তী নঙগী থৌইনশিল্লা ?

অদুবু জগৎ অসিমক, বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিমক নিয়মগী মতুং-ইন্না চৎলিবনি—নিয়ম অদু উবা ফংদবদনি, কন্নানবু উবা ফংগনি ?

নিয়ম অদুবু খঙনবা মী অদুবু অশিংবনি, জ্ঞান লৈবনি হায়নরিবসিনি, খঙদবা ঐথোয়দি সংসার অসিবু খুৰ্জা পায়দুনা থোৱা, মিংনা উবা কংদবা মুপা অমা লৈরি হায়বা অসিনা বিজ্ঞানবু য়াবা ওইগনি। মরম অনিদগী প্রেমদুনা হায়জরিবনি, অসুক মুংঙাইরিবৈগী মতম, অমৃতগী ইপাক্তা লুপলিবৈ মতম অসিদা , মালঙবনা থায়ন-ইছল পুদুনা শিল্লক্রবদি—অনিমক্তা ঙক হাইদুনা, তাল অমতদা; সুর অমতদা, রাগিনী অমতদা খোঞ্জেল অমতদা পূন্না লাউমিন্নগনি—চথোকউ, চথোকউ—অসুক মুংঙাইরিবৈদা, হরাও-মথোই কারিবৈদা, নশক অদু য়েংনিঙদে —চথোকখ্রো থাপ্না, মালঙবা! অদুবু করম্বা পুন্যগী মহয়না, কত্রবা লাইবক অসিদা অসিগুম্বা মুংঙাইবা অসিবু তম্লকদগে!

সংসার অসিদা করম্বা মীনা করম্বা লাইবকপু পুদুনা লাকপনো হায়বদুদি কনানা খঙবা ঙমগনি! পূন্নমক মুংঙাইবদি পান্নিবা ঙাক্তনি; অদুবু সংসার অসিদি চাউরবা লীলাগী ভূমিনি, লীলা'সিদা শরুক য়ান্নিবা কলাকারশিং'সিদা করম্বা মুংঙাইবগী শরুকপু থুংলিবগে? কনানা চৈফুগী চৈনাখোলনা লাউ-খোংনা থাঙলি, কনানা লিনগী ছুনা পোথাফম খঙদ্রি। লম্ফাঙলবা তাইবংনি, মীওইবগী লম্বীসু তোঙান-তোঙনবনি, তৌইগুম্বসুং তিন্নফম জৈরোঙ'দুদদি অন্নাবনা য়ুমফম্নি, মিংকী পিনা ঈ-চেল্লি, নিঙঙমদ বা থরাইনা মফমদুগী শক্তম্নি! লম্বী কয়া চৎনরুরবসু মফম'সিদা নোংমা নত্রবসু নোংমদি শোয়দনা উন্নরগনি! আশা পূন্নমকী, খোন্নাংবা পূন্নমকী, নিঙজবা পূন্নমকী পোলোইদা—অন্নাবতনি। য়েংবিউ ইচিল ইনাও

পুন্নমক; হাঙলবা সংসার অসিদা করি লৈরিবগে। লল, মী, উপায়, কম ইকায়খুম্নবা, মহৈ, মিংচৎ, পুন্নমক নমথাক ঙাক্তনি—থম্মোয়গী মৈচাকপু করিনা মুৎহনবা ঙম্বগে? খোয়াংবনা ঙাওখিদুনা অথাপ্ল-দগী ল্রবা পুখি ওইরবোই নিঙচুনা চংশিন্নুবদি, পুখি ওইরমদ্রে—সংসারগী মরুভূমিদা কল্পনাগা মঙাম্না লৈতেংলবা মরীচিকা ওইরম্লে! অরাবা অসিগীদমক—

"য়ারবা থরাইনা কপচরি
থম্মোয়'মুংদা, লোম্না লোম্না"



# তুমফম কা

মান্না চংখ্রবদা অযোধ্যাস্থ লৈত্রে। চাউরবা মোঙফম অসি নোংমদি হরাও-য়াকাবুং ওইরম্মী! অশংবা অতিয়াদা মেরাগী থানা থোকপগুম, জহুবীগী ঈয়াইদা বসন্ত লৈকোনগী ফজবা মমি তাবগুম, মুজাগী চিনবান্দা মোমোন নোকপা মিনোকুম, নিঙোন-শিংগী চিনবান্দা মুংশি-রাহে কাওবগুম, সংসার অসিগী মনুংদা কা অসিস্থ নোংমদি মতৌ অদুম তৌরম্মী। মফম অসিদস্থ নোংমদি মুংঙাইবগী ঈথক কয়া, হরাওবগী ঈপোম কয়া হৌখ্রবনি, পল্লুডুনবু করি কাররুখিগদগে?

মতম অদুগী রানি, মতম অদুদদি সংসার অসি অমরাবতী ওইরবোই নিঙলম্মী। য়ুম অসিনা অমরাবতীদুগী নন্দনকাননগা মানরম্মী। নন্দনকানন অদুমক্তদা ফুগায়না শাৎলবী পারিজাৎনা কোয়শিন্দুনা কল্প-তরু অমনা মনুং মপান ফাওনা ঙালহল্লম্মী। অদুগা লাইবকথিরবা ঐহাক্না পারিজাতকী মনমদা লুপচরম্মী। নন্দন-কানন অমদি মুঙাইরবা কুঞ্জ অদু হৌজিক্তি শুক্লবা উমং ওইহৌরে। মহাকীদমক লৈরম্বা য়ুম, মহাক্তি চংখ্রে—ঐগী য়ুম অদু লমহাঙ ওই-হৌরে। ঐনা উমং অসিগী সন্যাসীনি—করি তোপ তৌরি, করি জপ তৌ রি, হায়বদুদি হায়রুডুনা করি তৌনগদগে? ঐগী থরাইনা লৈকোন খুদিংদা, থরাম্মিচাক খুদিংদা, অতিয়াগী মকোয়দা, মোংফম খুদিংদা ভিক্ষা নিধা কোয়না চংলি—মদুবু হায়রুডুনা করি অমুক

তৌরুখিগদগে ? ঐদি খঙজৈ, ঐগী পুক্লিংনস্থ খঙবিরি, মীগী পুক্লিং উবা মহাক অদুনস্থ খঙবিরমগনি—হায়রুদুনবু করি কায়গনি ? ঐগী থম্মোয় কাওবা সন্যাসী-ধর্ম্ম' লৌখ্রবনি। করিগুম্বা থবক্তস্থ ঐগী পুক্লিং চংত্রে। থবক পূন্নমক্তা পুক্লিং চঙলম্মী ; হৌজিক্তি করি'-মতা চঙখিত্রে ! পুক্লিংগী অশা পূন্নমক মরায় লুকখে। নিঙজরম্বা অপূম্বা থম্মোয়গী মৈচারা মল্ল ফংনা চাক্‌খোকখ্রে। আশা তৌবা ঙমত্রে হায়বা নত্তে, আশাগী মরু হুম্নিঙত্রে ; আশা তৌরুবদা মুংঙাইবা পোক্লে। মিংচৎনা করি কায়খিগনি ? মীগী কায়নবা তৌরুদুনবু করি তৌনরুখিগনি ? কনানা উবিগনি ? কনাদা য়েং-হনগনি ? শরুক য়াবিনবা লৈত্রবদা মতুগী কায়বা করি লৈরি ? কনাগীদমক লল তাল্লুখিগনি, কনাগীদমক জ্ঞান হেনগৎহনখিগনি ? কনাগীদমক মিংচৎ তাল্লুখিগনি ? কনাগীদমক সংসার ধর্ম্ম' ইল্লু-খিগনি ? ঐগী কনা লৈরিবগে ? পাল্লবা সংসার অসিদা ঐগীদমক কনা লেপ্লিরিবগে ? ঐ ইতোমতনি। ঙমখৈ লৈত্রবা সংসার অসিদা লৈরিবা মশীং লাকঙমত্রবা জীবশিং অসিগী মস্তুংদা ঐগীনি হায়বা কনা অমত্তা য়াওত্রে। মরম অসিদগী করিগুম্বা হীরম অমতদস্থ পুক্লিং থিংজিনবা ঙমত্রে। হৌজিক পুক্লিংনা লৈ-রিবা মকমদি—অশিবতদুনি। অদুবু শিবনা কররনি থল্লবা মীশিং অদুগীসি অশিবা হায়বা অদুস্থ থক য়ৌরকপা লৈতে। অকনা অদুভবু থন্দুনা পুবিথি, কতবা অদুবুদি হন্দোক্তুনা থম্বিরম্মী। মহাক অমনা শিখিবদা মী তারানা কপকদবা অদুবুদি নংহৌ-রোইদোগুম থুনা পুবিথি, মাগীদমক্তা কপ্লিনবা কনা'মতা লৈজত্রবা

মহাক অদুদি তাদুনা পংলে নৈহোই। ঐনা হায়জগদৌরিবদু কাউরুরে।

ঐগী ইয়ুম নৈজরে। সংসার কোক্লা থিজরুরে, ভোইগুম্বসুং মীওইবনা য়ুম্নি হায়নরিবদুদি করিগুম্বা মফমদসু থিবা ফংলক্তরে। থরাইনা নৈনিংবা মফম্না স্বর্গদগীসু ফেন্না সুংগাইনরিবনি-অদুগুম্বা মফম অদুদি ঐগীদমক্তদি সংসার মথক-মথা থিদুনসু ফংলরোই। মফম অদুদা চংলগা, অরা-অনা কোকপা শান্তি ফংবা, অমম্বা পূন্নমক মাঙখির, কুমচুম্না বসন্তদা ওইদুনা লৈবা, প্রেমগী ঈচেম্না অন্তংপা নৈতনা চেম্বরা— অদুগুম্বা লমদমদি ঐগীদমক্তদি থিদুনসু থঙলরোই। অরাবনি! করি নৈরম্বদগী করি ওইখ্রবনো? হৌ-খিবদা অরাবা নংখিদে হায়বসিবু কনা-না হায়রিবনো? করিগী রারোইদগে, মীওইবগী মপোক অসিমক য়াননবনি। অরাবা হায়-বরিদি মতম পূন্নসকানি! নারা ওইরিঙৈগী মতমবু মীওইবনা থ্বাইদগী হেন্না নুঙাইবা মতম্নি হায়নরি, অদুবু মতম অসিদদু রাদবা মত্তে। নুমিৎ শিংগুম কয়ারনি ইবাগী ভম্পাক্তা হিপ্তুনা, পিক্লবা খুৎশা অসিনা ভোয়না ভোয়না হক্তুনা অতিয়াগী থাবু কোজখি। মীওইবগী থম্মোয়সে মতম পূন্নমক ফজবগী ভূংনফম নত্তে; চহিগী মতুংইন্না রাখলগী ঈচেনসু হোংলকই! মতম অদুদদি থাজ মাগী মায়থোংনা থ্বাইদগী হেন্না ফজরম্বী মঙোন্দগী হেন্না ফজবা পোৎসু সংসার অসিদা নৈরি হায়বসিদি কোন্না উরকপনি। খুৎ হাইরদুনা লাউ-লাউ, হায়না অতিয়াগী থাবু কোজরম্বী। সংসারগী খোঙজেল অসি মানা তাবিদে হায়বদুদি থঙজনমদে,

কৌরগা হেক্তা লাকদবোই থল্লম্মী। মুংঙাইবনা ইমাগী তম্পাক্তা ফমদুনা জগোই শাজরম্মী—মুংঙাইগনখিদুনা খুৎ অনি অসিনা পূক্তা তাম্বা পীরম্মী, ইমাগী মমায়দা য়েংথৎচে, পলেমগী শম পায়দুনা চিংই, হন্না হন্না ইমাগী ওকশমদা কোনশিল্লি। হন্না অমুক য়েংলুবদদি লাকপিরমদ্রে থাজদো, লাকপিদ্রে, খঙজরে লাকপি-পিররোই! মতম অদুদদি পিক্লবা খুৎ অনিসিনা ইমাগী মথুৎ পায়দুনা থা মাবু অমুক কৌহঙ্গে, অদু ফাওবদা লাকপিদ্রে। ইম্মানা কৌবিরবা ফাওবদসু লাকপিদ্রে। হোৎনজবা পুন্নমক অরেম্বদা তারদুনা কপ্পা কপ্পা য়াতাজরম্মী। কনানো অঙাং ওইরিঙৈগী মতমবু য়াদে হায়রিবসিবু? মতম কুইনা য়োকচরক্লবা য়ুমলৈমগা শান্নসি হৌজরুই; মানা য়াবিরক্তে। মাবু কুম্থনবা হায়দুনা কয়া য়াম্না হায়জখি, না ওইনা তাবিখিদে। মমৈ পায়-দুনা কুম্থনবা হোৎনরুই, অদু ফাওবদা ম্যাও ম্যাও খোংদুনা চৎপিখি,—কনাননো অরাবা লৈতে হায়রিবসিবো? মচিপ্লাক খুনগদবগী নিংথিরবা চেক্লা কয়া পাইরকই, শান্নজন্নিংবনা মনাক চঙশিন্নবদা, কিবনা পাইথোকখিরম্মী; কয়া কুইনা ইতোমতা শান্নজরে ইমা লাক্তুনা পম্বিবনা শান্নবা থুগাইবিরম্মী;—অরাবা লৈতে হায়রিবসিবু কনানো? তশেংবমক্লি অরাবা লৈরম্মী। মুংশা শর মপী ফুঙ্গনা হোল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম অদুগী হোন্দোক-রকপা শরমপীগা হৌজিকীগা য়াম্না খেন্নখ্রে, মতম অদুদদি শর মপী অমুক্তং হোন্দোখিবদা পুক্লিংদা য়ান্দুনা লৈরম্বা অরুম্বদু থংয়াং-য়াংবগুম তৌই, হৌজিক্তি শর মপী অমা হোন্দোকখিবদা থম্মোয়-

মঙ্গগী মরী অমা তৎখ্রে, সংসার লীপূন পূম্নমক থোকখ্রে। মতম অতুগী ম্বর মপীদি অসিগুম্বা মৈশা য়াওদে। অম্নাবদি লৈরম্মী অদুবু হৌজিক্কুম্না শিদ্রিবা করিগীনো হায়না য়াবদি তৌরমদে।

১ অরাবা লোইখ্রে–হৌজিক্কি থওঞরে; মুংঙাইবদস্থু চৎখ্রে। অরাবদুদি লোইখ্রে ; অনৌবা অরাবা অমা অমুক লাক্লে। অমৌবা অরাবসি কনানা পুরক্লিবনো হায়বদুদি হৌদোক্তুনা করিবু কাম্নরুথিগদগে ? পুম্নিংবা অমমস্থু পুজরক্লবস্থু অম্নাবদি লৈরে। য়েংখিবদগী মিংৎকম হোংদ্রিবসি করিগীনো। মসিস্থু অরাবা অমনি। মীরৈবাক্তা চৎপা তারিবসি করিগীনো, মসিস্থু অরাবা অমনি। মীরৈবাক্তগী হল্লক্লগা অরাম থোক্নাং লৈরিবসিস্থু অম্নাবা মথল অমনি। মসিদা নত্তবা অরাবা মথল কয়াস্থু লৈরম্মী। মীওইবনা মেশা পান্দ্রিবা করিগীনো ?–উনশাদা শোকপা নত্তনা থম্মোয়দা শোক্তিবা করিগীনো ?–মানা মুংশিজরিক্তুগা অমতা ওইনা তিম্নখিদ্রিনা করিগীনো–অমুকস্থু হেম্না রাম্মী। অম্নাবা অদুস্থু লোইখ্রে–লেওদনা লৈহৌবা করিমতা লৈতে। পুম্নমক চৎখি ; থেম্নরিবসি, মরায়ককবশিংগীনা অমমম ওইনা চৎখি, থাক্নাথাক্না চৎখি, ঐগুম্বা নোংদমখিরবশিংগীনা নোংমতদা, পূং অমতদা, গিকুপ অমতদা পূম্নমক লোইনা তাউখি। উন-উনা আশাগী মমকম, মুংঙাইবগী কুরা, হন্নাওবগী শামবুং, পুম্সি-উরীগী য়েৎচকম উপাল, প্রকৃতিগী শুম্নাৎলবা শকফম, থরাইদগী হেল্লবা–মতুদগীস্থু হেল্লবা লল, পূম্নমক অকনবা নোংলৈনা হুমদোকখ্রে। মুংঙাইবতুগী মুংঙাইবদুস্থু হুমদোকখ্রে। অরাবনি। করিগীনো মুংঙাইবদুনা

চৎথ্রিবদুবো ? ঐনা করিগী লৈহৌরি ? অরাবদুসি চৎখে ; অনৌবা অমা অমুক পুবিরক্লে। অনৌবা অরাবদু করিনো হায়বদুসি থম্মোয় অসি হাংদোক্নুনা য়েংহন্দ্রবদি কনানা উবিগনি। কনানো অরাবা লৈত্তে হায়রিবসিবু ? অরাবদি লৈগনি ; অদুবু থম্মোয়বু অমুম্না নিঙবা কায়বগী ঈপাক্তা হুম্থবিবদি চুম্লা- হূগী সমুদ্রদা থাদবিরগা, থম্মোয় মুংদা তক্তনা ঈথক হোইনবিবা হৌনব্রা ?

মীওইবগী থরাইনা পূম্নমক খঙবা ঙম্মী। শক্তি হায়বসি ফিবমগী মতুংইনবনি ; ফিবম হায়বসিদি শক্তিগী মতুংইনবা নত্তে। মায়থোং অদুনা মকশিনবা উরগা, মাইকৈ তরা মল্লবোই নিঙবা, অদুগুম্বা মায়থোং অদুতস্ু উদ্রবদা হিংবা ঙম্লি থরাই অসিনা। মিকুপ অমতং উদবদা, থরাই অসি য়াওদ্রবোই নিঙলবা, মহাক অদু মতম কুন্নগীদমক ঐগী মিৎয়েংদগী তাম্না লৈগ্রবনি. মদুদস্ু থরাই অসিনা খাঙবা ঙম্লি ! মমল নাইদ্রবা লল অদুবু থাদোক্ল-বদি, কনাগীদমক লৈরিবা থরাইনো, কনাগীদমক সংসারনো, কনাগী-য়ুম্নো ? হিমালয় চীংশাং নাপোমদা, চিক্লবা চীংমায় মরুমদা শকফম অদুবু নিঙশিঙদুনা, মাগী মমিং শোঙদুনা, পুন্সি লেল্ল-দ্রিবা করিগীনো ? সংসার অসিদা ঐগী আশাগী লম্বী য়েংবিনবা কনা লৈরি—ঐগুম্না নিঙবা কায়রবা কনা লৈরি ? ঐবু লাকপা উরগা য়েংবিনিঙবা কনা য়াওরিবগে ? কনাগী মুংশিরবা চিন-বান্দা থুম্নবা মিনোক উরগা পুক্লিং ময়োল চোংলকখিগদগে-কংলবা থম্মোয়দা বসন্ত ঋতু চঙকখিগদগে ? কনাসী খোঙ্গেল তারগা হৌখিবা, লাকদরা পূম্নমক কাউখিগদগে ? কনাসী শৈহেক তারগা

হাঙলবা সংসার অসিবু সনাগী সংসার ওইরকদ্রগে ? চাউথোক চনিঙাইনি ! মওং-মতৌদো, রাঙাংদো, খোঞ্জেনদো, খোম্থোকতো। অঙাং ওইরিঙৈদগী তারক্লবা রারীদু মাগী মচিন্দগী তারবদি, রাহৈ থুদিংগী মাত্রা অমমম ফাওবনা পুক্লিংগী থোঙ নমথেক্লুনা থম্মোয়দা চঙলকপগুম তৌই। রারী অদুদা খোইদোকপা কবিত্বগী গুণ য়াওবা নত্তে. অদুবু মদুদা য়াওরিবা গুণ অদুদি কবিত্বদস্থ উবা ফংদে, করিগুম্বা মকম অমতদস্থ থিবা ফংদে। মদুদা ফজরবা ঈচেল অমা য়াওরি, ঈচেল অদুদি অতিয়াদা চেল্লিবা ফজরবা নিংথৌ-ভুরেলন্দস্থ চেন্দে, বসন্তগী কাইদ-হুম্বা মালঙবদস্থ য়াওদে, লৌবুক্তা শকপা সুংশি-ইশৈদস্থ থিবা ফংলোই, শকুন্তলাগী অহূমগুবা অঙ্কদস্থ লৈরোই—ফজবদো সংসার অসিদা থিদুনস্থ ফংলরোই। রারী অদুগী মুংঙাইবদুদি—বঙ্কিমচন্দ্রগী-বিষবৃক্ষ পাদুনা ওইবা য়াদে, স্কোটকী আইভানহো পাদুনা পীবা ঙমদে, সেক্সপীয়ারগী রোমিয়ো জুলিয়েটনস্থ পুরকপা ঙম্দে ; মহাভারত পারুদুনস্থ থিবা ফংদে, রামায়ণ হাংদোক্লুনস্থ উবা ফংদে। সুপী ওইবীগী থম্মোয়না তৌবগুম মপাল নাইরবা, ঙমখৈ লৈত্রবা থাবগী লোইবা নাইদ্রবা, রারীস্থ অদুনি। রারীশিং অসিদা মিংচত্তি থরদনি, তৌবা ঙম্বগী শক্তিস্থ ঙমখৈ লৈরিবনি, দানগী শরুকস্থ থরদনি তৌইগুম্বস্থং নিংথৌগী মচাসুপী অমদি য়াওদবা লৈতে। অদুনা হায়রিবনি, মসিদা থোইনা অনৌবা লৈতে—পুন্নমক অকিবগী মশক্তি, পুন্নমক অঙকপনি। মওং অমতনি ! রারী পুন্নমক্তা নিংথৌ মচা য়াওরি ; পুন্নমক্তা নিংথৌ মচাসুপী য়াওরি ; পুন্নমক্তা নিংথৌ মচাগা, নিংথৌ

মচাজুপীগা মুংশিনৈ ; পূম্নমক্তা মুংশিবনা জয় ওইরি। নাগ্ৰিকা পূম্নমক শকচু ফজবী ঙাক্তনি—কনানা স্নাশঙ্গাই ঙালহল্লি, কমাগী মিনোক্তা মণি হৈদোরক্লি; কৰানা ফপ্পদা মুক্তা চেম্বরক্লি। মকম পূম্নমক্তা উচেক নিংথৌগী থৌনা, হিংচাবনা ঐওইবগা মুংশিং মশিঙবা, ইন্দ্রগী কোমুংগী জগোই, বর নিজবা, অভিশাপ কংবা স্বর্গগী লক্ষীদা দেব-কন্যা শিংনা ইরুজবা হন্নকপা, শাপকী মহয়না পাতালদা লৈথিবা, খুদোং থিবগী মশক ওইরবা হিংচাবা, নিংথৌ মচা কয়া তুমখিবা অসিগী রারী ঙাক্তবি। নিংথৌনা শিবা মকমদা নিংথৌগী শাম্ম য়াইসম্ন ঙাওই ; রাণী অনি লৈরবদা অতোনবীবুনা লুনা তৌই, অহনবুনা মীরায়না তৌই। নিংথৌগী পুকচেলনা হেক শেংলক্তবদা, শাম্ম শঙদা শামু শি, শগোল শঙদা শগোল শি। মুপীবু ইকায়বা পীরবা, মুপীগী থম্মোয়বু অরাবা পীরবা লৈবাক অচু তুম্না মাঙই। অচুনা হায়রিবনি, রারী অমতদা নৌনা নৌমা লম্বনি। তৌইগুম্বরুং মালয়-পর্ব্বতগী ইচিক হুম্না থোরকপা থাজ মারী মঙান্দা ঙৈংনা য়াতাজরগা, তায়ার মানবী চিনবান্দগী রারী অসি তাবদা কংখিবা মুংঙাইবর্তুদি জগৎ অসিগী করম্বা কাচিন্দা লৈরমগদগে ? থাজনা ইকায়জরবী মাইথোংচুবু য়েংজরগা রারী অসি তাবদা থঙ্গরম্মী—হকচাংবু হকচাংনা মতুনা, থরাইবু থরাইনা কোত্রিবা কম্লিগীনো ? থম্মোয়গী খুৎ তিংথোক্তুনা মাগী থরাইবু সাবনিবা ভমপ্রিবা করিগানো ? রারী অদুগী ঈচেম্না কংখিবা মুমিং-কীদি—অঙাওরগী মতোঙম চোইরোল লোল্লি, মাগী অরেম্নদু লঙশিন্নে। মুমিং অদুদা থম্মোয়গী চেৎলবা লীপুমদো নাম্নোক-

থ্রবনি—থরাই অসি সংসারগা কায়নরে, তরঙদা য়ান্দুনা লৈহৌরে। মুমিৎ অদুদগী করি ওইখ্রবনো, করিগুম্বা মফমদা মুংশিবা খোঙ্গেল অমতং তাবদা—করিগুম্বা ফজবা অমতং উরুবদা, থম্মোয় অসে নিঙবা কায়বতনা মাগী শরুক ওইজদুনা—অহাংবদা পৃথিবীদা আকাশতা, জগত্তা কোয়চৎ চংলি—থিবদা, মদুবু অমুক হায়রু-খিদ্রা ? থিজরিবা মহাক অদুবু থিদুনা পীবিগদ্রা ? তৌইগুম্বস্মুং—

মায়থোং অদুদা মিৎফম হোংদনা য়েংজরগা, মাগী ফজরবা চিনবান্দগী ধোরকপা রারী অদু তাবদা মুংঙাইখিবদো, স্বর্গদসু লৈরম্লোই। মহাকী রাহৈ পরেং খুদিংগা সৌরজগৎ অমমমগা শিন্নরবসু মথিক চারোই—থরাই অমমম শেন্তোক্নুনা পীরবসু মতিক চাবা মমল ওইরোই। অদুবু অদু য়োনা মুংঙাইখ্রবদুদা খঙহৌদনা অরাবগী লৈচিন্না কুপশিনবিররে। মায়থোং অদুবু নিংথিনা য়েংজহৌনবা খুদোং চাবা ফংখিদ্রে। মৈরাদো—মৈরাদুগী লাইবক্তা মৈ!—মৈরাদুনা ঐগী ইমাঙদা লৈরবদি, ঐগী মায়থোংগী মমিনা মহাকী মায়থোংদা তারি, মহাকী মমাঙদা লৈরবদি, মাগী মায়থোংদা মঙাল তাদ্রি। য়েংবিয়ু, জগৎকী চৎলিবা মওং অসিগী মপূং ফাদবা অমা লৈরিবসে। য়ামদ্রবদা জগৎকী চৎনরিবা অসিদা অরানবা অমদি লৈরে, জগৎকী চ লিবা মওং অসি মপূং ফাদে, হায়রিবসিগী প্রমাণসু অচুম্বনি! ঐখোয়দি অস্নুম লৈরি, নিয়মগী মতুংইন্না মঙাল অদু মহাকী মায়থোংদা তাদ্রিবা করিগীনো ? জগৎকী খোঙচত্তা দোষ লৈতে হায়বস্রি কনানা হায়গনি ? তাইরুং শেম্বা মপূগী দোয় অমদি, শেমক্লিরা থবক পুন্নমকী, মহয় য়ান্দু!

মুংশিজরুই হায়দুনা কপ্পদা মিং তাগুলে। ঐদদি নত্তেদনা—মুংশিজরুবী মী, কয়াবু মুংঙাইখিবগে ? কনানা কপ্তবগে ? কনানা মরায়বকপ্ নিন্দা তৌদবা য়াওবগে ? কনানা নরকপ্ কোন্দবা লৈবগে ? মতম কয়া কুইনা কপচরক্লে, কয়া কুইনা কপচখিগনি ! পাপ চেল্লবা মিং অসিদা পি কয়া য়াম্না তাখিগদগে হায়বদুদি ঈশ্বর মহাক্তনা খণ্ডবিরমগনি ; অদুবু কপ্পনা পোথাব্রি, কপ্লতনা লোইজখিগে—কপ্পগী অরোইবা থাকস্ত কপ্পা নত্তুনা অতৈ করি লৈরি ? মসিদগী হায়জরিবনি, জগৎকী খোঙচৎ অসি মপুং ফাদে। মসিদা ঈশ্বরগী দোষতি শোয়্দনা লৈ, অদুবু ঈশ্বর হায়বসি করম তৌবগে করিনো, হায়বদুদি নঙ ঐনা করি খঙগনি ? পূম্নমক্তগী হেন্না খঙলবা মীদু করিমতা খঙদ্রবনি। নিউটন মশামক্না খঙলম্মী, জ্ঞানগী পাক্লবা সমদ্রুগী তোর্ব্বান্দা ঃহাক্তি নুং মচা খুনজবতনি। জগৎ অসি শেম্লকপগী মরমদা নঙ, ঐনা করি খঙগনি ? য়ারবা পুক্লিং অসিগী য়া য়োনা শেংনা খঙজবা ঙমদে—জগৎ শেম্লকপগী প্রকৃতিগী মরীদা, নঙ, ঐনা করি খঙগনি ? খজিক্তবু খঙলুরবা মহাক অদুদি খঙদ্রবনি। অদুবু করি হায়গে তৌবদগী করিনো হায়খি্রবসিবো—

করি ওইরম্মী, হৌজিক্লা করি ওইব্র বগে ! মী অমতং য়াৎপদা পূম্নমক লোইখে্র,—আশা, পাজল, নুঙাইবা পূম্নমক কায়খ্রে, মদুবু কনানা খঙমগনি ? মাবু মাঙলবদি সংসায় অসি অমম্বগী মশক ওইগনি হায়বদুদি খঙলিবনি, অদুগা অমুম তৌগনি হায়বসিদি কনানবু খল্লমগদগে ? লল অদো, করিবু হায়সিগে ? ইকায়খৗরবী ভরীগুম—লুনা তৌজবগী নানবিবভদা মমায় লুকথরবী। কনানা

করম্না নানবিবগে হায়বদুদি হায়বা ওম্বা নত্তে– শউন্না খুম্বা মীওই-বগী পুক্নিংনি, অদুবু ইকায়বা হায়বসিদি মুজাশিংগী লৈতেংনি। ইকায়খিবী অদুতবু থম্মোয়দা চেৎনা কোনজবা ওম্বনি, ইকায়বগী লৈতেংবু শিত্রবী মহাক অদুদি—এ! পাপকী চিন অসিনা হায়খি-দোয়ে। ইকায়বসিতনা মুংশিবগী য়ুথম্নি ;—মুংশিবা মরোং তাখিদে। ইকায়বা লৈত্রবদি মুংশিবদা অনৌবা য়াওদ্রে। অদুবু কত্রবা খেনকমদা নোংচুপ সভ্যতাগী লৈচিন্না ভারত শিন'থুংনা কুপখিবদগী মায়খুম অদু হাংদোয়াক্লে। নোংচুপলোমগী শিকাগী কত্রবা কস অমনা ঐথোয়গী লৈজরম্বা সংস্কৃতি অদু চাং য়াম্না হম্বহল্লে। অদুবু করি হায়গে থল্লম্বদগী করি হায়খ্রবনো ?

মহাক অদো কয়ম্বা লম্নো হায়বদুদি করি অমুক হায়সিগে ? নোরবী উয়ীনা মশাগী কজবদা শুমহুৎপগুম্বী ; ঈপালথাগী ঈমায় চোম্লবা ভুরেম্না মশাগী চোম্লবা মায়থোংদা ঐনা মহেল্লে খম্নুনা ওনিক'চগুম্বীনি ; পোমশাৎনবী চিনি চম্পানা—মশাগী মনমদা খোয়াংজ'গুম্বীনি। অদুবু কয়ম্বা দশানো ! মানা লৈরিঙৈদদি মাগী অথুপ্নদু থওবা ওমখিদে। হৌজিক্তি মহাকসু চৎখ্রে, সংসার অসিসু হাওহোয়ে, মাইকৈ মরিমকসু মমখ্রে, য়ুম অসি উমং ওই-হোয়ে, থরাই অসি লৈতাদ্রে, পুক্নিং থমকম লৈত্রে, অদুনা হৌজিক্তি মাগী অথুপ্পা থওলে। অমুক কুইরবসিদা মহাকপু হৌজিক্তা থওলকই। মীওইবনা হিংলিঙৈদদি কনাগীসু অথুপ্পা থওদে। করি গুরু হোমরনা চেঙ খুয়া অমগীদমক থোওজিন খুদিং কোয়রম্মী,—ওসিদি মকম তরেংনা মহাকী পোক্নকমনি হায়না মুম্নরি। মাইকেল

মধুসূদন দত্ত ইচম চম্বা লাঙ্গিয়েং-শঙদা শিখি,—ঙসি বাঙ্গালা দেশ অপূম্বনা ম্রাগীদমক তেংথারি। লর্ড বাইরন, অত্যাচারনা ওৎপিন্নুনা মরৈবাক্তগী তাম্থোকপিথি, অথাপ্লা লমদমদা মিসলিংহি কোবা মকমদা থরাই থাথি,—ঙসি বৃটিশ পার্লামেণ্টনা মাগী নিঙশিঙ-য়ুম্বী য়ুংনবা হোদোরক্লি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী লান্দ-থোবা পাউনাগী নিঙশিঙ খুদম থম্লরি। সংসারদা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক অসি হিংলিঙৈদা মগুণ খঙনবা লৈতে। মতম অদুদদি মতমগী ঈচেল অসি হোংলোইদবোই নিঙলম্মী। খঞ্জরম্মী, সুংশিবা অসি লেঙদনা লৈগদবোই। পুক্লিংগী লমচৎ অমনা থাজনিঙবা অসিনি। থাজরগা হরাওবা, থাজবদা সুংঙাইবা পোকপা অদুগুম্বা পোৎ অদুদা ইরায়-লায়না হেক্তা মথাজে। থাজবা অসিমক্লা ইশাগী ওইজবা ওইরবনি—মহাক লৈত্রবদি পুন্সিসি অমম্বা ওইরগনি; থাজরিবসিমক্লা ইশাগী ওইজবা তাল্লবনি। ওইজবগী আইন লৈতে। মতম কুইনা নিঙজরবা থাজবা অদো নোংমদি উৎ ওইখে! সুমিৎ অদুদা থম্মোয়গী পোন কায়খে। সুমিৎ অদুদগী হৌনা কোক হাইগগুনা লেপ্লা ঙমখিদ্রে। হোগৎকে মনিংলুই নিঙজবদা মঙাইরে। শাদানবগী তেম্না পাল্লবা শজিগুম তুরোই ঙাম্লোই লেপহৌরে। তপ্না হুম্বা সুংশিৎনা, পুরকপা ঈথক মচানা, ঙৈহাক্কীদমক কারকপগুম, ঙৈহাক্তং হাইগৎচররে কোক অসে! ক্লজবা মরিক অমতং ফাওরকপদা, ল্লাইবক থিরবা থরাইসে, হৌখিবা য়ৈরিনা চুররে! পুক্লিং অসে কয়াদা শোম্থখুবনো। হিন্দুনা লৈবা তাল্লবদি খবক পূম্নমক তোকম থোকপনি। খবক

পুন্নমক তৌরি, তৌদবা ন্নাদে হান্নবগী তৌবনি। থম্মোম্নদা পুন্ন-মকী মোংফম্নি—মুংঙাইবা, আশা, হরাওবা, থৌনা, মুংশিবা—থন্নাই নত্তনা মন্নাম অসি পূনশিল্লগা মীওইবনা পুম্সি কৌনন্নিবনি। ন্নাখল কন্নামুক্তি থল্লমই, থম্মোম্নবুদি শোকপা ঙমদে, থম্মোম্নগী মাইকৈ মরীদা কোয়্নন' চত্তুনা য়েংই, থম্মোম্নবু শোকপদি ঙমদে।

"মান্নথোং থম্বাল'দুগী পুক্লিং হুন্নবা মিনোক্তা
ভত্তনা ঈহৌন্নক্লি থম্মোম্ন'মুংদা।"

কা অসিদনিনে—নোংমদি লৈগী শয্যা শেমখিবদো। ঙসিদি মপূ লৈত্রবা য়ুমগুম নিঙবা কান্নবগী মান্নথোংনা শুকথদুনা লৈ-ন্নেদো। নোংমদি মকম অসিদা চঙলকপদা, হৌখিবা, তুংদা ওই-ন্নকদবা পুন্নমক কাউন্নম্মী, মুঙাইবা ন্নাখলগী ঈন্নৈদা থন্নাই হকচাং পুন্নমক ভাউথন্নম্মী – ইশাবু ইশানা কাউজন্নম্মী; ঙসিদি মকম অসিদা চঙলকদবা য়্নৌনা অকিবা পোক্লে।

"কনাবু থিবা চৎকনি যমুনা মপান্দা।
লৈন্নমগল্লা মহাক্তো কুঞ্জ মন্নাদা।।"

করি লৈন্নম্বগে হান্নবদু হান্নরুদুনবু করি কান্নখিগদগে? চাক্লিবা মৈ অসিদা য়্নী হৈজিন্নবগী করি তোংজবা লৈম্বগে? করি ওইন্নবগে হান্নবদুদি উক্রে। য়ুম অসি য়ুম ওইদ্রে। হে তোম্নবগী মকুপ। ইবুংঙো নঙবা তৌন্নিবসিবু করিনোনে? মূর্ত্তি লৈত্রবা ল্লাইশঙগুম, ঈশিংদা থাদথত্রবা প্রতিমাগী মতৌগুম, মী চংশিল্লবা লম্বীগুম, মুম্নিং য়ুংবগী মরুভূমিগুম, ঐগী থম্মোম্নগুম, হাঙদুবা য়ুম অসি অকিবগী মশক ওইন্নে। য়ুম মৈ চাকপগুম, থন্নাইগী

মবেন্মগী চিতাগুম মন্নুং মপাল অনিমক চাকথৎলক্লে। নরকী মৈচাক্লা খাঙবা ঙমত্রদুনা পাপী লিশীং লিশীংনা নাহেয়কপগী খোপ্লেলগা মায়খে্র। ঐগী য়ুম অদুবু কদায়দ লৈখ্রবগে? মদুবু হেক উবদা শান্তিগী মশক ওইবা অদুগুম্বা য়ুম অদুবু কদায়দা লৈখ্রবগে? আকাশ অসিদা থোক্লম্বা ঐগী থা অদুবু লমদম কৈদা চৎখ্রবগে? পৃথ্বি অসিদা শাৎচরম্বী ঐগী থম্বাল অদুবু করম্বা থম্লানা কুপশিনখ্রবগে? হে ঈশ্বর! করিগীনোনে নঙনা ঐবু অস্তুক য়াম্না লাক্লবিরিবসিবো? নোনা চোংখৎচরক্লিবী উরীদা বজ্র তারক্লে—মনা, মউদি কংখে্র, মরূদি লৈহৌরি, অদুবু লৈতবনা হেন্না ফরবনি। পুস্পি চুপ্না তানজরক্লবা লল. উপুদা চেৎনা থমজবা, মৎুম হাংদোক্ক্রনা হুবিখে্র উপু মথুমদি থুমজিনবির·দ্রে। ফজরবা য়ুমদি চাকথোকখে্র—কারবা য়ুমফমদি তাদুনা লৈহৌরে। করীগীনো উরুরিবসিবো? উত্রিবৈদা শিঙ্জহৌদ্রিবা করিগীনো?

পূম্নমক্তি লৈবগুম তৌরি, তৌইগুম্বসুং পূম্নমক মমিৎ উইশিন্দুনা লৈরি—পূম্নমক খায়না-মৈশা লাংবগুম উরি। পূম্নমক অসিদগী করিগুম্বা অমা থোকখিবগুম, মুৎখিবগুম, লৈতবগুম তৌরি—মদুগী মরিক অমা ফাওবা লৈহৌদ্রে। মদুতা য়াৎপদা পূম্নমক অসি মওং অমা ওইখে্র—পূম্নমক অসি লৈতবা য়াদে হায়বগী মতাগুম লৈবা ওইনা তৌরে—পূম্নমক অশিবগী মতৌগুমখে্র, মী তাদ্রবা খুনগী শক্তম লোরে, ঈশিং কংখ্রবা পুখ্রিগী মওং ওইরে, উইন য়াওদ্রবা থম্মোয়গী পান্দম ওইরে, করি অমুক হায়সিগে—মবেন্ম লৈদ্রবা য়ুমগুম পূম্নমক মায়থোং লাংশিল্লে:

অরাবগী তেংথাবা মঙায়রে ! য়ুস্থ ফজহন্নবা লৈতেংশিংদুদি লৈরি, অদুবু—শুক্কৎপদি য়াওদ্রে, ফজবদি লৈত্রে, অথোংপস্থ মাঙখ্রে; পুক্নিং হূবদুস্থ চৎখ্রে, য়ুথল অদুস্থ পাইথোকখ্রে—থাওমৈগী মঙান্না য়োান্নবা ইমুংদা। মুজাগী সুংশিন্নবা খোঞ্জেন্দগী থোরকপা, রাধা-কৃষ্ণ অনিগী লূরবা প্রেমগী ঈশৈগী মতৌগুম নোংনতা লৈবা ভাব অদুদি লৈত্রে – নিংথিন্নবা অয়ুক্কী মতমদা, লোম্না য়াকায়জরকপা নেম্নবা বীনা খোঞ্জেনগা লোয়নবী থোংলবী স্বরগী ঈথক্কী মতৌগুম ইনৌদল-নৌবা মওং অদুদি লৈত্রে। অয়ুক্কা শরুকপা ভৈরবী রাগিণীগী মতৌগুম, অরোইবা অহিংগী খায়ন-ঈশৈগী মতৌগুম, অনৌবা বসন্ত লাকপদা অরিবা উমা-না খায়নবগী স্বরদা খোম্ভাঙ খোক্কনা শকপগুম, ভৌরুনবা থাবল-মরুমদা ইকায়থিবী মুজাশিংনা সুংশি-ন্নারী শাজবগুম, নোংনতা লৈবা ভাব অদুদি মাঙখ্রে। পুন্নমক মওং অমা ওইখরে ! ঐস্থ করি ওইখ্রবগে ! হিংদুনদি লৈরি, মতৌ করম্না হিংলি !

মহয় মরোংনা মরিক চুম্না নিংথিন্নবা উ-পাম্বী অমদা বজ্র তারক্লবদি—মনা, মহয়, মপাল পুন্নমক চাকথোকখি, উশা ফাওবা উৎ ওইদুনা পাইথোকখি, লৈহৌরিবদুদি উ পাম্বীতা মঙাযহোরে—ফজবা য়াওদ্রবা, মৈশা লাংবনা কংশিল্লবা, হৌখিবা মতমগী খুদমতা ওইনা লেপহৌরবা উ-পাম্বীদুগা ঐগা অন্না ওইরবনি !

মহাসাগরদা অকনবা নোংলৈ লাকপদা জহাজগী ফিরাল পাইথোকখি, মাস্তুল তেক্কুনা তারকই, যাত্রিক পুন্নমক সাগরগী গভ'দা মোংফম ওইখি ; পুন্নমক চৎখ্রে, মথাগৎবা শরুক অদুতনা,

মপাল নাইত্রবা শংগ্রাম্বা সমুদ্রগা হুন্নাহল্লা হথকা, হুপ্লেং ফুংবদা মকম, থুদিংদা কোয়রি— চংনবা লমীস্থ লৈত্রে, চৎন্নিঙবসু ছোত্রে, ফুপগীস্থ কান্নত্রে, তোইগুম্বসুং মপাল নাইত্রবা সমুদ্রদা তাউহুনা কোয়ব্লি, ঐসু মহাক হুব্লি।

... বজ্রনা থাব্রবা উ-পাম্বীগুম, নোংলৈনা ফুম্ববা অহাঙগুম, কায়থ্রবা মুমকফগী লেমহৌব্রিবা মচেৎকুম, ভূম্বা মাঙথ্রবা সহরগী লেমহৌম্বিবা মথাক্কুব, কৌম্বমকপা ফুরাগী মতোল তেকথ্রব, মুম্বীগুম লৈহৌম্বনি ঐহাকস্থ! হৌম্বিবা পুন্সিস্থ অম্বাবনি, লাকদোরিবা পুন্সিস্থ কম্বা কুইনা থাথিগনি, ঈশ্বর মহাক্কনা থঙবিগনি।

হৌখিবসু অম্বাবনি, লৈম্বিবসু অম্বাবনি,
লোম্বথিগনি পুন্সিসে থানা-থানা।

---

## লোইরবা

# বাহৈ অমসুং মমিঙ খরগী টিকা

## লামাই- (৪)

বিদ্যাপতি [ ১৩৫৮—১৪৫৮ কাওবগী মতুংদা লৈরবনি ]

বাংলা অমসুং মিথিলা লৈবাক্কী লিরবা শিংথানরবা মহা কবিনি ! বিদ্যাপতি বাঙালী নত্তবা মরম্না মহাক্কী দাবলীশিং অদু মৈথিলী লোন্দা ইরম্মী, অদুম ওইদুনসু বাংলা সাহিত্যদা বিদ্যপতিগী পদাবলীগী অচৌবা খুবম ফংখি। মিথিলাদা লৈজরবসু বিদ্যাপতিগী মিংচৎনা বাংলা লৈপাক্তা শন্দোকপগী মরমদি মতম অদুগী বাঙালী ছাত্রশিংনা ন্যায়শাস্ত্র তম্নবগীদমক মিথিলাদা চৎলম্মী। মখোয়না বিদ্যাপতিগী পদ কয়ামরুম বাংলা লৈবাক্তা পুরক্লম্মী ! মতম অদুদদি বাংলা অমসুং মৈথিলী লোন অসি মান্নবগুম তৌরম্মী, ময়েকলোমদা য়েংলুরবসু, বাঙ্গলা, মিথিলা অমসুং অসামগী ময়েক-শিং অদু মান্নবগুম তৌরম্মী। মরম অসিদগী বাঙ্গলা পদাবলীগী মথক্তা বিদ্যাপতিগী পদাবলীগী মমি নিংথিজনা তারিবনি। গোবিন্দ-দাসনচিংবা পদাবলীগী মপূ ওইরবা বাঙালীশিংনা মৈথিলীগী ওন্থোকলকুনা, বাংলা—মৈথিলী, য়ানশিন্নদুনা "ব্রজবুলি" লোন্দা পদ কয়ামরুম লেংদুনা বিদ্যাপতিগী কাব্যগী রসপু অপাবশিংদা মপুং ফানা চুপহল্লি। বিদ্যাপতি বৈষ্ণব নত্তে—অদু ওইদুনসু বৈষ্ণব পদাবলীগী য়ুমফমদি মহাক্কা যাত্রা হুনখিবনি। মহাক্তি স্মৃতি শাস্ত্রগী ব্রাহ্মণ পণ্ডিতনি। বিদ্যাপতিগী রাধা-কৃষ্ণগী পদাবলীদি

থাঙ্গৈশংনা বৈষ্ণব ভাবতা ফোংদোকপা নত্তে। বিদ্যাপতিগী রাধা কৃষ্ণদি ব্রজগী রাধা নত্রগা বাসুদেব মপারি কৃষ্ণতবু ওইনা খলহন্দে —লৈবাক পূন্নমক্কী, মতম পূন্নমক্কী প্রেমিক—প্রেমিকাগী মওংদা রাধা-কৃষ্ণ অনিগী প্রেমগী ঈচেল অদু মহাক্কী কাব্যদা চেন্থহন্দুনা কাব্যগী মহয় য়াল্লহনবনি। পদ পূন্নমক্তা প্রেমিক-প্রেমিকাগী মপান্থোংগী অমসুং মনুংগী ওক্লা ফজবা পূন্নমক ফোংদোকই বিদ্যাপতিদি ফজবা খুৎশেমগী কবিনি, মহাক্কী প্রমাণ পান্থে অমসুং থাবগী হৈশিংবনা কবিগী অথোইবা গুণনি।

**লামাই—(৫)**

বিজয়া দশমী—শাক্ত-সমাজদা মহাশক্তিগী পূজা অসি বসন্ত ঋতুদা অমুক—চহি অমগী মনুংদা অনিরক তৌবা চৎনরক্লি। বসন্ত ঋতুগীনা বাসন্তী পূজা শরৎ ঋতুগীনা শারদীয়া পূজা হায়না খঙৈ। শারদীয়া পূজাদি মেরা নিন্থাং ৭ নি ৮ নি পানবা অমসুং ৯ নি পানবা মুমিৎ হুপ্নি অসি তৌরগা ১০ নি পানবা মুমিত্তা লাই থাদে। লাই থাদবা মুমিৎ ১০ নি পানবা অসিবু বিজয়া দশমী হায়না খঙৈ।

রামায়ণগী মতুংইন্না শরৎঋতুগী পূজা অসি রামচন্দ্রনা রাবণ মাঙহন্নবগীদমক তৌখিবদগী চৎনখিবনি হায়। রামচন্দ্রনা ৭ নি ৮ নি অমসুং ৯ নি পানবা মুমিৎ হুপ্নি অসি পূজা তৌরগা ১০ নি পানবা মুমিত্তা রাবণ মাঙহনখি। অদুনা কনা কনাগুম্বগী মততা—রাবণবু জয় তৌখিবা মুমিৎনি হায়বগী অর্থদা বিজয়া দশমী, অমুক্না খঙহনখিবনি হায়নৈ।

অমনা দেবীপুরাণগী মতুংইন্না মুমিৎ অসি উমা মেনকা কায়নখিবা মুমিৎনি। মহাশক্তিনা হিমালয়গী ময়ুমদা উমা হায়না মিং লৌদুনা লাণ্ডোল্লবদা শিবনা উমাবু লুহোংখি। লুহোংলদুনা উগানা মপূরোইবগী ময়ুমদা লৈবা চহী কুম্নাং অমা ফারক্লবদা মেনকানা মপূরোইবা গিরিরাজ হিমালয়দা হায়জদুনা মচাবু লৌহল্লুই। গিরিরাজনা উমাবু পুরক্লুনা গিরিপুরদা মেরা নিম্মাং ৭শি৮নি অমসুং ৯ নি পানবা মুমিৎ হুন্নি অসি লৈখি। মুমিৎ হুন্নি লৈরগা ১০ নি পানবা মুমিত্তা মপাম লমদম থাদোক্লুনা মপূরোইবগী ময়ুমদা হনখি। মুমিৎ অসিদা মেনকানা মচা কায়নবগী অয়োবা মৈচাক ফংখি। রাবগী থাক্তা খল্লরবদি বৈষ্ণবশিংনা রাধাগী দশমী দশা' হায়নরিবা মধুর-রসকী মুংশি মৈচাক অদুগা [illegible]নি হায়নৈ। চুম্নগী মীওইবা সমাজদা মমানা মচা নীণ্ডোলবু [illegible]জবগী অয়োবী অমা শাক্তগী বাৎসল্য রস অসিদা উবা ফংই। [illegible] অতোপ্পা মমিং অমনা বিজয়া কৌই। অদুনা বিজয়ানা [illegible] থাদোক্লুনা মপুরোইবগী ময়ুমদা চৎখিবা মুমিৎ অসিবু [illegible] দশমী হায়না খঙনৈ। মরম অসিদগী বিজয়া দশমীগী মৈ[illegible]য়রগা মেনকানা ফংহোরিবা মচা কায়নবগী মৈচাক অসিবু [illegible]।

[illegible]ই—(১৪) ইলিয়াদ—গ্রীস লৈবাকী কবি গুরু হোমরনা [illegible]াব্যগী মমিংনি। মপূং ওইবা রারীদি স্পার্টা নিংথৌগী শক[illegible] রাণী হেলেনবু ট্রোইগী নিংথৌ মচা পেরিসনা হুদুনা পুখিবদগী [illegible]া উৎ ওইনা মাঙখিবনা ইলিয়াদকী মরুওইবা শৌরেংনি।

হৌজিক ফাওবা "ট্রোজান ৱার" হায়না খঙনরিবদি "ইলিয়াদ" ত
ইরিবা গ্রীকা ট্রোজানশিংগা শোল্লবা লাল অদুনি।

বীরাঙ্গনা—বাঙলা লৈবাকী ফাওরবা কবি মধুসূদন দত্তনা
ইবা কাব্যগ্রন্থ (১৮৬২) নি। "ওভিড" কী "হিরোইক এপি
গী মওংদা ইবনি। কাব্য অসিগী কবিতাশিং অদু চিঠি ওইনা ই
পূম্নমক্কা চিঠি ১১ নি ;—দুষ্মন্তগী মফমদা শকুন্তলা, সোমগী মফ
তারা, দ্বারকানাথগী মফমদা রুক্মিণী, দশরথকা মফমদা কৈকে
লক্ষ্মণগী মফমদা সুর্পণখা, অর্জ্জুনগী মফমদা দ্রৌপদী, দুর্য্যোধনগী
মদা ভানুমতী, জয়দ্রথগী মফমদা দুঃশলা, শান্তনুগী মফমদা জা
পুরুরবাগী মফমদ উর্ব্বশী অমসুং নীলধ্বজগী মফমদা জনা-না ই
লামাই—(১৪)

উত্তররাম চরিত—মহাকবি ভবভূতিগী সংস্কৃত নাটকনি।
রিক অসি রামায়ণগী অরোয়বা শরুক হায়বদি সীতা দেবীনা
লৈবদগীনা মালেম লৈমগী তম্পাক্তা চঙখিবা ফাওবদা থো
থৌদোকশিং অদু মপুং ফানা শুগাইনা ইবনি।

মেঘনাদ ভুবা কাব্য—বাংলা লৈবাকী ফাওরবা কবি
সূদনদত্তনা ইবা কাব্যগ্রন্থনি। ইবা মতম (১৮৬১) নি।
অসিগী মপূং ওইবা ৱারীদি রাবনগী মচা মুপা বীরবাহু
মতুংদা ইন্দ্রজিৎ নত্রগা মেঘনাদ ভুবা, অদুগী মতুংদা ম
শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষ্মণ ভুখিবা রামচন্দ্রনা প্রেতপুরীদা
লক্কুনা লক্ষ্মণবু হিংগৎহনবা, মেঘনাদকী পোৎলোইবা ফা
কাব্য অসিগী ৱারীনি। কাব্য অসি সর্গ মাপন্না শাই।